[illegible]

([illegible])

# কংলৈপাক্কী
# অরুবা ৱারীলোন

(খৃঃ ১৯৫৫-১৯৯৫ ইং)



P2
P6;4

অইবা

শ্যাম চন্দ্র থাংজম্




# কংলৈলোল্গী

# অরুবা ৱাহৈলোন

(খৃ: ১৯৫৫ - ১৯৯৫ ইং)

অইবা

শ্যাম চন্দ্র থাংজম

# ৱাহৌদোক

কবিশু খঙদ্রবা ঐনা লাইরিক 'সিমতং ফোঙনবা হোৎনবদা, অবাবা খিবিক, মকুপশিং অমসুং অহল-লমন কযানা চানবিবকই। মসি মৈতৈলোলগী Grammar অমসুং Compositionগী শকুক ওইবা লাইরিকনি। মবম অসিনা 'কংলৈলোলগী অকবা বাহৈলোন' হায়না থোনলে। মসি ইবদা খৃঃ ১৯৫৫-১৯৯৫ ইং যৌনা চঙখি। অবা অনা কযানা খুদোংচাদদুনা মতম যামনা হৌখিবদগী মাঙখিবা তাবে হায়না খন্দুনা, শেংদোকত্রিবা সনা অহিংবগুম পুথোকচবনি। মতীক চাদ্রিবনি খন্দুনা, অবাননা কযা যাওববস্, মবম পীদুনা তাকপীয়্, মথংগী ফোঙবদা চমথোকচগে।

## মৈতৈলোলগী ফজবা খরদং

(১) কংলৈলোল অসি মখল অতুম থোক্না লৈ। মসিগী মনুংদা মকুওইনা অবি অনৌ খাযদুনা, অনি থোকনা চৎনবি।

(২) ইংলিশকী Appropriate preposition লৈবগুম্না, মৈতৈলোলগীসু বাহৈগী লৈতেংদা, তৈ না, লৈ শু, মা পোংনচিংবা মরাং কাযনা লৈ। অদুগা Passive voice যাম্না তোগনা শাজীন্নবা লোল অমনি।

(৩) Synonym গী মবমদস লোল অনি থোক্না চৎনবনিনা যাম্না মবাং কাযনা লে।

ঐনা মতম কযা চংনা থিজিনজববা মতুংদা ফংজবকপা বাখলগী মতুং- ইন্না ইথোকচবা কংলৈলোলগী অকবা ব্রাহৈলোল কৌবা লাইবিক মচা অসি মীযামগী মফমদা পুথোক্কুনা ফোংদোক্লবগী অচৌবা থৌদাং অমা, ঐগী ইনাও, *মাইস্নাম ইবোবা লুব্রাং* (থৌবুবেল, হিযাংথাং লাইবেম্বী ঈবৈমা থৌগল লুপ) লোইননা হৌজিক হৌজিকমক লাইনিংথৌ সনামহি তেম্পলদা অমাইবা ওইনা লোইশঙ পুবিবা, ইনাৎ কননবগীদমক অচৌবা থৌদাং লৌবীবিবা, ইনাও অসি গী মফমদা ঐগী পুক্লিং ব্রাখন অমকপা লৈতনা থম্মোই শেংনা শিননজবী ।

*অইবা ।*

## থমজরিবা ৱারম অম'নিদং ।

ইবুংঙো শ্যামনা ইবা 'কংলৈলোল্গী অরুবা ৱাহৈলোন' কৌবা মৈতৈলোল্গী ৱাহৈ-ৱাতাশিং শীজীন্নবগী, শীশীন্নদবগী মত্তং অমসুং মখোয়না ফোঙদোক্লিবা ৱাহন্দোক্কী মরমদা থিজিন্দুনা লাকপা লাইরিক অসি পাজরে । তশেংনা ইবুংঙোনা পামলিবদি লাইরিক অসিগী অফ-ফত্তগী মরমদা ঐগী মত পীবদুনি অদুবু, ঐদি সুপ্নগী বারী শীঙ্বুন, উপন্যাস, ৱারী মচা, ওইদবনা অওইবা শাদুনা Fiction ইবদা পামজবা Grammar অমসুং Composition গী মরমদা কয়া থোইনা পুক্নিঙ চঙলূদবা, খন্লূদবা মীশক অমনি । অদুনা মসিগী মরমদা ঐনা মত পীবা তারবদি ইশানা ইশাবু মীনম্বা তাগনি । তৌবগীদি লোল সিগী মরমদা চেকশিন্না থিজিন-হুমজিনলিবা ইবুংঙো স্যামগী মৈতৈলোল কৌবা লোল অসিগী ফজবা মতৌ, মশাগী লৈজবা মতীক-মগুন, অরুম-অয়াংদা যাওবিবা ৱাহৈ অমমম্, তোঙান্-তোঙানবা ৱাহন্দোক কয়া, চপ মান্নবা বাহন্দোক লৈবা বাহৈ অনি পুনশিন্নবকপদা ৱাহৈশিংদুগী ফজবা, পাবদা নুংঙাইবা মতৌ অমসুং ইশাগী লোল্গী ৱাহৈগা অতোপ্পা লোল অমগী বাহৈগা তূমা শেমলক্পদসু অদুম্মক ফজবা পুম্নমকসি উরুবদা ঐখোয়না ইবদা, ঙাঙবদা শীজীন্নরিবা ইশাগী লোল্ অসিগী মগুণ হৌজীক্তা খঙলকই, ইথন্দা চাওথোকচবা অমা ফাওই মদুদসু ইথক-থক্কৎলি, ঐখোয়না ইখিবশিংদু অসিগুম্বা Grammar অমসুং Composition গী System অসি ইপা-ইপুশিংনা ৱাহৈ মশেন তপশিন্নদুনা শেন্নম্বশিংদুগা চাশিন্নবমগদ্রা চিংনদবা ঙমলক্তে । মসি পুম্নমক অসি মগুণ তানা

ইথোক্লুনা ময়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরকসি ঐগী ওইনদি থাগত্তবা ঙমদে, ওম্মোক্লা থাগৎনিংই, থাগৎচরি । মসিগা লোয়ননা হায়জনিংবা অমনা গ্রামাবগা মরী লৈনবা ব্রাহৈশিং হায়বদি 'বনান' বু মৈতৈ লোলদা 'খরপুন' হায়না শীজীন্নবা অসিগুম্বা ময়াম য়াওরিবশিং অসিদি অখঙ-অহৈশিং ময়াম অমা তাথোক-তাশিন তৌরগা শেমগৎলবদি অনিরক থোকলোই নিংই । মরমদি ঐখোয়গীসি অনি অনি থোক্কনবা মরমনি । লাইরিক অসিনা ইমালোলগী শেবাফংজবা পীবীসনু ।

হিজম গুণ সিং

**August 1996**

# অফোংবগী ৱারোল

ঐগী ইয়াম্বা থাংজম শ্যামচন্দ্রনা ইরমদম অসিগী মহৌশা হৌরকপদগী চৎনরকপা ১সুং ঙাংনরকপা লোল ১ সুং পোৎচৈগী মমিং কৌনরকপা, ৱাহৈ অনি অনি থোকপা, ৱাহন্দোক মান্নদবা, অরিবা ৱাহৈগী ৱাহম্থোকনচিংবা, মতমগী মতুং ইন্ন অহোংবা কয়ানা কুপশিন্দুনা মদুনা চৎনবী ওইনা শিজিন্নখিবদগী অরিবশিং অদু মাংখিবা তারে, ঐখোয়গী হৌরকফম মুৎখিগদৌরে হায়না মতম কয়া চংনা থিজিল হুমজিন্দুনা ১ সুং মদুবু খনলগা ইথোকতুনা কংলৈলোলগী অরুবা ৱাহৈলোন হায়না মমিং থোনবা লাইরিক অসি, ঐনা য়াম্না মুলনা পারগা খনলবা মতুংদা, লমদম অসিগী হৌরকলিবা নহারোল মহৈরোইশিংগীদমক্তা খংদবা য়াদ্রবা ১ সুং তুংগীদমক্তা লেংদনা লৈহৌরগদবা পোৎশক অমনি হায়না মীয়ামগী মফমদা ফোংদোক্নুনা লাম্থোকচরি ।।।

*অফোঙবা ঃ*

*মাইস্নাম ইবোবা লুৱাং*

সেক্রেতরী,

হিয়াংথাং লাইবেরী ঈবৈমা থৌগল লুপ,

*হিয়াংথাং ।*

# য়াওফম ।

## অহানবা শরুক



## *অনিশুবা শরুক*



## *অহুমশুবা শরুক*

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

## অহানবা শরুক

## লোল্গী ব্রারম

নাঙশাঙবা থোক্লুনা চহী লীশাঙ কযাগী মমাঙদগী লৈবক্লুবা লোনা অসি, নাবা লাইশিন কযাদগী, ঐখোয়না বাহে শেম্নকপগী মরী নখোঙ কয়া খঙবা ঙম্নি । মাখোদি কয়া, চহী চা কয়া চঙনা, বাহৈ কয়া নথ মথং চৎনবত্তুনা মপুঙ ফানবগা, খুনাই অমগী চাওখৎলবা লেংবা ওইবকলিবান । বাহৈ হাযবসি অমত্তুদা পনলাপ শেমদে, মথং মথ চৎনবকপদগী ওইবনবা হাযবসি অচম্বনি । মদুদি চহী হাযবসি নবম্না হেনগদগে হায়না খঙলবদা, থা তরানিথোই চপনা চা ন বা মহী মথাক্তগী হাযনদগী চা । হী চহী, হাযনা থোনখিবগী মবম লৈনি । অদুনদি চাব অমসু মহী নযাম হাযনা বাহৈসিনা হান্না চৎনবম্না তাই । অদুগী মতুঙদা চহী হাযবা বাহৈসি থোনদুনা চৎনবকপনি হাযবসি অচুম্বনি । মবম অসিনা চৎনবা যাবা লোল অমা ওইবকপা হাযনসি, মতম যাম্না কুইনা চঙলমগনি হাযনা লৌবা তাই ।

বাহৈ হাযবসি মীওইবনা উবিবা, তাবিবা, খনলিবা অসিনচিংবা কযাদগী মবম চানা থোন্দুনা চৎনখিবা ঙাক্তনি হাযনবি । মসি কদায

# লোল্‌গী ৱারম

ফাওবা য়ৌনা চুম্বনো হায়বদু অমুক্তং থিদুনা য়েংবা তাই । খুদম ওইনা ৱাহৈ খরদং মরম থিদুনা য়েংসি ঃ- 'ফুঙ্গা' হায়বসিদা ফ্ং হায়বদি মৈ হৌরকপা, গা (কা) হায়দি কারকপা হায়বনি । অদুনা ৱাহৈ অনিসি পুনশিন্নরগা ফুঙ্গা হায়বসি ওই ।

## চাবা ।

চাবদা চিল্-লৈদগী 'চ' গী খোম্থোক থোকই ।মরম অসিদগী চাবা হায়না চৎনরি ।

## লৈচিন ।

নোংদোলগী অইংবা ঈশিং মনিন ১সুং মরীকশিং অসি য়াম্না কুণ্ডনা অমসুং চিন্না লৈ হায়দুনা 'লৈচিন' কৌই ।

## লৈবাক ।

লৈবা য়াবা অপাকপা মফম ওই হায়দুনা লৈপাক হায়না খঙনরি ।

## মালেম ।

মাল্লে হায়বদগী মালেম কৌখি ।

## হকচাং ।

মহৌশাগী ওইনা হক্‌ভুনা চাং অমদা শেমই হায়বদগী হকচাং হায়না কৌখি ।

## পুরিবা ।

পুন্না ইবা হায়বদগী পুরিবা ওই ।

## খরপুন (বনান)

ৱাহৈ অমদা ওইগদবা ময়েকশিং অদু ৱাখন্না খনলগাপুনশিনলি । মরম অসিদগী খনলপুন খলপুন - খরপুন, হায়বসি ওইরকই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

মথক্তা উৎখ্রিবসি ৱারম থিবদা ইরায়-লায়না ফংবা ঙম্বা ৱাহৈ ঙাক্তনি । মসি নত্তবদা, ৱারম থিবদা খঙ্দবা লুরবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া কয়া লৈ । মরম অসিনা, খুদম খরসিদগী ৱাহৈ হায়বসি ৱারম লৈনা থোন্দুনা চৎনখিবনি হায়বসি অচুম্বা ওইফম থোকই ।

মৈতৈলোল্ গী ৱাহৈ অসি মরাং কায়না লৈতবদগী মীগী ৱাহৈ ঙাক্তা হাপচিন্দুনা চৎনরকক্লে । মসিগী মহুত্তা লৈপাক্কী অহৈ-অসিং কয়া তিন্নদুনা, লোল্ অসিদা লৈতবা ৱাহৈ কয়া শেমবীদুনা চৎনরবদি, য়াম্না চাওখৎকনি হায়না খনলি । অসিগুম্বা থবক অমা পাঙ্থোকপা হায়বসি হেক্তা য়াবা, অরায়বা থবক নত্তে । তঙায়ফদদুনা মীগী পোৎ শীজীন্নরবদি, ঐখোয়গীসু বাৎতনবা হোৎনবা তাই । মীগী পোৎ অদু ঐখোয়গী ওইবা খক য়ারোই । মসি নত্রিবমখৈ ঐখোয়না অমুক নুংঙাইগদবা লৈত্রে । মরম অসিনা তৌদবা য়াদ্রবা থবক হায়বসি, য়াম্না লুবা ওইববসু, মদু ঙম্মনবা হোৎনদবা য়াদে । থোনগদৌরিবা ৱাহৈ অদুগী খোন্থোক, পক্চবা, ৱাহৈদ্ থোনবগী ৱারম হায়বদি করি হায়না ৱাহৈ অদ্ থোনগদগে হায়বনচিংবা অসি হন্না হন্না হোৎনরগা ওইরক্কদবনি । ৱারমসিদা ঐখোয়না থব্রায় য়াওনা হোৎনরবদি মহৈ য়ান্দবা লৈরোই ।

লোল্ হায়বসি য়ানশিন্দুনা চৎনরবসু, য়াদবা মতাং লৈ - মসি খঙনা খঙনা য়ানশিন্দুনা চৎনববদি মরিং-মরাংবা ওইরনি । মখোঙ-মখুৎ তেকপা মীনা, শৈনাইদুনা লৈবগুম, ফজবা, অচুম্বা অমসুং অশেংবা ওইদে । খুদম ওইনা হায়রবদা, লিলা, মলয়া, পুখ্রিনচিংবা ৱাহৈ কয়া মৈতৈগী ৱাহৈ ওইনা শীজীন্নরি । ৱাহৈশিং অসিগী হৌরকফম ওইবা ৱারম অদু থিরুরবদি, মৈতৈলোল্ গী ৱাহৈ নত্তে হায়বসি হেক্তা খঙলকই । মরম সিনা হৌরকফম ওইবা, মশাগী অচুম্বা, অশেংবা অমসুং চ্-ন-বা মওঙদা শেমদুনা চৎনরগা, লোল অদু চাওখৎলক্কনি । হায়রিবসি

# লোল্গী ব্রারম

নত্রিবমখৈ মরিং মরাংদুনা অদুম লৈগনি, অরুবা ব্রারম-থৌরমদা অকায়না ওইরক্কনি ।অশেংবা, অচুম্বা হায়বসিনা মীসু, লাইসু অনিমক য়াই । মৈতৈগী অরুবা লাইরম-তীনলমগী থৌমরদা মীরৈপাক্কী লোল শীজীন্নরবদি লাইগী মতীক-ময়ায় ফংবা হৌনদে ।

*লোল্ হায়বসি হোংবা য়াদে-* লোল্ অসিগী ব্রাহৈশিং অসি অরেপ্পা লৈতনা, হান্না চৎনরম্বা খোনথোক অদুগা হাইরপ মান্নবা খোন্থোক্তা শেমদোরকই । অদুগা অনৌবা ব্রাহৈ কয়ামরুম শেমদুনা চৎনরকপগা লোয়ননা অতৈদগীসু ব্রাহৈ কয়া হাপচিনলকই । অসুমনা বাহৈ কয়া হাপচিনলক্কুনসু, লোল্ হায়বসি হোংবা যাদে । খুদম ওইনা মৈতৈলোল্ অসি লোল কয়াগী ব্রাহৈ যানশিনলক্লে, অদুবু মৈতৈলোল ওইদুনা অদুম লৈ । মৈতৈলোল্ নত্তবা লোল, অতৈ ওইবা ঙমদে । লোল অসিগী বাহৈশিংদা য়াওরিবা, মকওইনা খোনলৈ খোন্দা,না-প্ তাবশিং অসি, মান্নদবা খোন্থোক্তা ওইবকপা তাবনসু, হান্নগী ওইবা খোন্থোকশিংগা চ্ ন বা খোন্থোক্তা ওইনকই । মবম অসিনা লোল হায়বসি হোংবা লৈতনা মদুম লেঙ্দনা লৈ ।

বাবম লান্না চৎনবকপা অনৌবা বাহৈ কয়া চৎনবাক্কনীন হায়দনা, মবম চানা পক্লগদবা মওঙ্দা, ফজনা বাহৈ নাত্তা কয়া শেমদনা থোনবীববদি, অফবা ওইগনি হায়না খনলি । মসি নত্তনা লোল অতৈদগী পূবা অমসুং হান্না চৎনবম্বা মৈতৈ ব্রাহৈদা, মবম চাদনা চৎনরক্লবদি, লোল অদু মফম-মরাং খঙলরোই । খুদম ওইনা হায়রবদা, বাহৈগী লৈতেং ওইনা চৎনরিবা - ঈশৈ-নোংমাই, কক্চেং-খোইয়া, উফুল বাইফুল অসিনচিংবা অসিদা বাহন্দোক য়াওদনা চৎনরিবা - নোংমাই, খোইযা, বাইফুন অসিনচিংবা অসি, লোল্ অসিগী ফজবা লৈতেং ওইনা মরম নাইনা চৎনরিক্লবদি,অসিগুম্বা বাহৈবু বাহন্দোক লৈবা বাহৈ ওইনা

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

চৎনরক্লবদি, লোল্ অসিদা শীজীন্নরিবা মরম অদু কায়রক্লগনি । ৱাই শংনা, তরু-তরুনা লৈবা য়ুম অমদা, মী কৃক কৃক ইন্নবমখৈ লৈরক্লবদি, চনৈনবা য়ুম্বান ওইরকপগুম থোক্কনি । মরম অমা শোয়রকপদা, মদুগী মতৌ মথং মথং অসুম লৌরকতুনা লোল্ অসি মফম-মরাং খঙলরোই, চনৈনরক্কনি ।অসিগুম্বা ৱাহৈসিং অসি চৎনবদা, নাতৈ চাদবা ৱাতা-খোন দা ওইবা, মরিংমরাংবা অমসুং করেম-কথায়নবা ৱাতা-খোনদা ওইনা থোক্কনি । চাওখৎপা, ফজবা, চীঙ-লেম্বা অমসুং তমজনিংঙাই ওইবা ৱাঙাঙ্-শঙাঙ্ ওইরোই. অসিগুম্বা ৱাতপ্ ওইবা, ৱাহন্দোক লৈতবা ৱাহৈশিং অসি, মহৌশাগী চৎনবীদা লৈতেং ওইনা, অসুম তরু-তরুনা লৈজবা ফৈ হায়না খনলি । মরম অসুম্না ৱাহৈ অতৈসু, লোল্গী অচুম্বা মরমদা, মশাগী চপ্চাবা মফমদা শীজীন্নবনা, তুংগী লম্বীদা খ্বাইদগী ফবা লম্বী ওইগনি হায়না খনলি ।

হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈলোল অসি অরানবা অমসুং নাতৈ চাদবা চৎনবী কয়ামরুমনা কুপশিনলক্লি । ওম্থোকপা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্তা মতমগী চৎনবী ইচেলদা তাওথরক্লি । মতম কুইরক্লগ৷ লোল্ অসি করি ওরিক্কদগে খঙদ্রে । হৌজিক্কী মতমদা লোল্ অসিগী মরমদা খন্থরুরগা চমম্নবা মওঙ ওইনা লৈরে । অসুম হেন্না খন্থরুরগা তক্শি শোনবা নত্তনা করিসু হায়নিংঙাই লৈতে । মৈতৈ মচাশিং অসি মতমগী অনৌবা ঈচেল অমদা তাওথরকলি । লৌশিং শিংলবা, লাইরিক-লাইশু হৈরবা কয়ানা, ঈচেল অসি খাম্বা ঙমদে । উরবসু, খঙলবসু ইচম-চম্বা অরায়বা থবক অমা ওইনা অদুম লৈরে । অদুবু,ঈচেল অসিদি অবেপ্পা লৈতবা হায়বদু ওইরে । খন্থদুনা অমুক্তংদি য়েংশি ঃ- 'চাক পুখম অমা শেৎলে' হায়বসিদা শেৎপগী চপ্ চাবা বাহন্দোক অদু চৎনদ্রে । ঈ খেগৎলকপা অমসুং নহা ইনখৎলকপগী হৈনবী ওইনা, চাববোমদা খঙনদুনা চৎনরে । অসুম্না

# লোল্গী ব্রারম

চৎনরকপা ব্রাহৈশিং অসি খরদা ওইরবোই নিংই, থিরুরগা ওস্থোক্লা য়ামনা মরাং কায়না লৈরমলে। অসুম হায়না ব্রাহৈ কয়া অসুম চৎনরবদি, তুংগী লম্বীদদি করি ওইরক্বনি ? মমাঙঙৈগী চৎনবীদা শীজীন্নরমলিবা ব্রাহৈশিং অসিসু, হেনমনবা অমসুং হাকমনবা কয়া য়াওরবনি । খুদম ওইনা হায়রবদা, থৌদোক-ব্রাথোক্কী মতুঙইন্না খঙনবা নত্রবদি, লৌশিনফম খঙদবা ব্রাহৈ কয়াসু য়াওনা, চৎনরিবসি হেনমন্লবনি । মসিগী মথক্তা অমুকসু নাতৈ চাদ্রবা, মরিং মরাংবা ব্রাহৈ-ব্রাতা কয়া হাপচিন্দুনা চৎনরক্লবদি, লোল্ অসি অফবা ওইবা হৌনদ্রে । মসিবু ফৈ হায়না খন্দুনা, কনাগুম্বনা হুলান্দুনা হায়রবসু, চাওখৎপদি ওইররোই । ফজনা লৈরম্বদগী অসুম অসুম মোৎশিনখিদুনা, তরু-তরুনা লৈবা য়াদবগুম থোকলনি । লোল্ হায়বসি অঙ্কগুম্বনি । মরম অমা শোয়বদা চৎনবা য়াবা নত্তে । মসিবু অসুম থৌওইদ্রবদি, হৈমন-শিংমনলগা পশিং থোকপা, শেন্ন-শেন্নগা য়োং মানবা ওইনা থোক্কনি ।

## ব্রাহৈগী হৌরকফম

ঈশাগী লোল্ অসি মুলনা খঙ্গে হায়রবদি, অহানবদা ব্রাহৈশিংগী হৌরকফম খঙদবা য়াদে । মসি খঙনবা হোৎনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে । ব্রাহৈশিং অসি শেমলকপগী লাইরিক অমতসু লৈতে । মতীকচাবা ডেক্সনারীসু অমতা লৈতে, করম্না খঙগনি ? পুম্নমক অসি খনলুরগা, লৌশিংনা থিদুনা পুথোকপদা তারকই । মরম অসিনা মতম কুইনা লৌশিংগী পাম্বৈনা থিদুনা পুথোকপা খরা মখাদা মথংশীৎনা উৎলি ঃ-

### খোংনাং

পানবী অসি, মহৈমরোং চাবা ফংদ্রবসু, ব্রারম-থৌরম কয়াদি ব্রারীনবা ওই । মীওইবনা হৌরকপদগী ঙসি ফাওবদা, পানবী অসিগী মন্নাক্তা ফমদুনা, পোথানবা, মী ঙাইনফম ওইবা অমসুং ব্রারী-ব্রাতায় শানবা অসি লোইবা নাইদনা লৈ । উদগী চাওবদি খোংনাংনি হায়নরি । লম য়াম্না কনলি, লাই ইনলি, উচেক য়াম্না তোংই অমসুং মহুম শাই হায়দুনা ইংখোল মনুঙদা থানদে । লমহাঙ্, চীঙয়া-তময়া, লম্বী মপান্, লম্পাক্লুচিংবদা থান্নে । সনা খোংনাং পানবীদা, লাইগী থৌরম কয়া তৌনৈ, ফিরাল কৎনৈ অমসুং উশিন কয়া তৌনৈ । অচীকপা উমংদা হৌবা খোংনাং পানবীদি, লাইনিংবশিংগী খুদোংচাবা মফম ওই । পানবী

# লোল্গী ৱারম

অসি হৌবা মফমবু পন্দুনা, লম কয়া তাকনৈ । মনাক্তা ফমদুনা পোত্থানৈ, হকচীক লাংনৈ অমসুং মখন-মখা কয়ামরুমগী ৱারী-ৱাতায় তৌনৈ । অসুম্না, মীরোল কয়া হৌখ্রবা, উপান পুম্নমক্কী অথোইবা, মতীক-ময়াই লৈবা ওইনা শীঙথানরবা ১ সুং থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী ৱারী-ৱাতাই কযানা ঈবম-খোংলম কয়াগুম্না চনাঙ-খনাঙনবমখৈ লৈরবা পানবী অসিগী মমিংবু 'খোংনাং' হায়না, লাই ওইখ্রবা অহল-লমনশিংনা থোন্নরীরম্মী ।

## মতম

মীৎকুপ্, পুঙ্জা কয়া অসি মীওইবনা থৌদোক-বাথোক কয়াগী বারম-থৌবম কয়াদা মসিবু ঙাঙনৈ, শোলনৈ অমসুং তমনৈ হায়দুনা ম + তম = মতম, হায়না থোন্দুনা চৎনরি ।

## লৈকায়

কৈথেল কাবা, কোনুং কাবা, ইম্ফাল কাবা, অসুম্না লম কয়া চৎলবসু, মাগী মাগী লৈফমদা চঙনৈ হায়বদি কানৈ হায়দুনা লৈ + কায = লৈকায, কৌই ।

## মালংবা

নুশীৎনা মালেম অসি থুংনা শীত্তুনা, মাগী মতীক-ময়াইনা, পুম্নমক অসি তনৌ তনৌনা চপ্ মান্নবা লংহনলি হায়দুনা 'মালংবা' কৌই ।

## নোকপা

হরাওদুনা হা হা লাওবদা থক থক নোমবা হকচাং অদু, অমুকসু ওক্শিন্দুনা হন্না হন্না নোমই হাযদুনা নোম + ওক নোমওক, হাযবদগী নো + ওক নোক, হাযবসি ওইরকই । মরম অসিনা নোক + ওইপা = নোকপা, হাযবসি ওই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

## হুয়েন

লালগী অকিবা মীহাৎ-মীপুন কয়া অসি খনল্লুরগা, মীওইবগী থমোইদা, অসুক্কী মতীক্ খাঙ্ঙমদবা ওই । হুগুম্বা মতীক ময়াই অসি মী খুদীঙ্গী থমোইদা য়েনলি হায়দুনা 'হুয়েন' কৌই ।

## লোইদাম

মালেমগা লাপ্ না হায়বদি তামনা লোয়নদুনা লৈ হায়দুনা 'লোইদাম' কৌই । (অয়াংবা খোম্লোক)

## তূম্বা

করিগুম্বা অমতা নিংশিংবা লৈতনা, নুংঙাইনা, লেঙদনা অমসুং তুমিন্না লৈ হায়দুনা 'তূম্বা' কৌই ।

## পামেন

মীওইবনা পামবা কয়ামরুম মেননৈ হায়দুনা পা + মেন = পামেন, কৌই ।

## লম

মীৎনা অরাপ্পা মফম খুদিংমক থিদুনা হায়বদি লামদুনা য়েংই হায়দুনা লাম দগী 'লম' কৌখি ।

## নোং

নোংদোলগী অইংবা লৈচিনদগী ওইরকই হায়দুনা 'নোং' কৌই ।

## অমোম

মহৌশাগী খুৎসেমদা অথোৎপা, অমেঙবা, অমোনবা অসিনচিংবা অসিনা লৈতেং ওই হায়দুনা অমোলদগী 'অমোম' কৌই ।

# লোল্‌গী ৱারম

## নুমীৎ

'নু' হায়বসি য়াইওইবা অমনি। মফম পুম্নমক্তা মঙান পীদুনা উহনলি হায়বদগী মীৎ হায়বা বাহৈ অসি হাপ্তুনা 'নুমীৎ' হায়না খঙনবি। (নোংমীৎ, নুংমীৎ)

## তনদন

অমম্বা অহিংদা মখোযগী মঙান অসি, পাইবা মতমদা, কুপফেৎ-কাফেৎপা, তোপ্ তোপ্না মতৌ অমা ওই। মরম অসিনা তল্‌না ঙানলগা, তল্‌না অমুক মমই হায়দুনা তল্‌তল্ হায়বদগী 'তন্দন' কৌই।

## ঈশৈ

থোৎ নৌবা, মেঙ্‌বা অমসুং নুংশিবা খোঞ্জেল অসি তাবগা, মীওইবগী থমোইদা হাযঙম-তৌঙমদবা, তাইবঙপাল ৱাংমগী ওইবা, ফজবা ৱাখন অমা শাগৎলি। অসিগুম্বা ঈবাং অমা শাই হাযদুনা, শাইদগী শৈ ওইনা খোন্থেদুনা, ঈ+শৈ = ঈশৈ, ওই।

## খোঙ্

শা কযানা লৈনুঙ্‌দা মকোন শানবা হোৎনৈ। মখোয়গী খুজীননা খোৎপদা, খোৎ খোৎ নত্রগা খো খো লাওবা খোঞ্জেল অদু, মীওইবনা তারুই, উরুই অমসুং খঙলুই। খোঞ্জেল অদু মখোয়গী খুজীন পানলিবা মশা অদুনা থোকহনলি। মরম অসিনা খোঞ্জেল অদু, মশা অদুবু খঙনবা ৱাহৈ ওইনা লৌদুনা 'খোঙ' হাযনা খঙ্‌নখবে।

## ঈনাক-খুনবা

মীওবগী অপাম্বা পোৎ পুম্নমক অসি নাক্তা পুনলপ থম্বা ঙন্নবদি, তারমদুনা ঈনাক্তগী খুনবগুম্না, যামনা নুংঙাইবা, অৱাৎপা লৈতবা ওই হায়দুনা 'ঈনাক-খুনবা' কৌই।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্লাহৈলোন ।

## ব্লাহৈ

মীওইবনা ঙাঙ্থোকলকপদা ব্লা ব্লা লাওবা খোঞ্জেল থোকই । মদু অমনা তাবগা অমুক ঙাঙ্থোকপা হৈ । মরম অসিদগী ব্লা + হৈ = ব্লাহৈ, হায়না চৎনরি ।

## খুৎ

মীওইবনা তৌনিংবা থবক খুদিংমক, মসিগী মতেংনা তৌবা ঙমই হায়দুনা, খু হায়বসিদগী লৌদুনা 'খুৎ' হায়না খঙনরে ।

## লশিং

মসি খুৎনা শেমদুনা হায়বদি শন্দোক্নুনা য়েংবদা লুনুলি । মসিগী মতেংনা ফিনচিংবা পোৎথোক য়ামনা থোকহন্দুনা, মীওইববু শিংহনলি হাযদুনা লশিং (ল + শিং) - লশিং কৌই ।

## য়োং

মখুৎ অনি চঙদুনা পকলৌদা লৌই, পাকচাদা-চাই, পকযোৎতা-যোৎলি হায়দুনা 'য়োং' হায়না থোনলি । (য়োৎপা, থকপা যোং)

## তাশোল

তাগী মতীক-ময়াই অসিবু মীওইবনা ঙাঙ্নৈ অমসুং শোলনৈ হায়দুনা তা + শোল = তাশোল, কৌই ।

## য়ুম

মীওইবগী অপাম্বা পোৎ পুন্নমকপু যাম্না চেকশিন্না ফাজিন্দুনা, পুন্সিন্দুনা অমসুং যোমশিন্দুনা থম্বগুম্না লৈ হায়দুনা য়োম-দগী 'য়ুম' হায়না খঙনবে ।

# লোল্গী ৱারম

## শন্দংখা

শন্দোক্তুনা লৈরিবা অহ্রাঙববু খাবা হায়বনি । শন + তরং + খা = শন্দংখা ।

## কোনুং

ঙাক-শেন্দুনা অমসুং কোনশিন্দুনা লৈ হায়দুনা কোনুং (কোন্নুং) কৌই ।

## খোন

ঙাঙ্-শকপা, লাও-খোংবা পুন্নমক তাই, লোইনমক খঙহনলি, অমসুং খোললি হায়দুনা অচম্বা ৱাহৈদা 'খোন' কৌই ।

## লূম্বা

থাংগৎপা ১সুং পুবা ঙমদবা হায়বসি লুনা থোকই হায়দুনা 'লুম্বা' কৌই ।

## য়াংবা

লূম্দবা পোৎ হায়বসি পুবা ঙমই, ইয়া-য়াই হায়দুনা য়া ওইপা হায়বদগী য়াংপা = য়াংবা, কৌই ।

## অহিং

অঙানবগী মতম লোইখ্রগা, পুম্ মম্-মম্শিন্দুনা, তাইবঙপাল অসিদা লৈরিবা থৱায় পানবশিং অসিসু লোইনমক মাঙখিবগুম্না খন্লকই । অদুবু, তেক্ত-কায়দনা অদুম হিংদুনা লৈ হায়বদগী 'অহিং' কৌই ।

## ঙাঙ্বা

ৱাহৈগী খোন্থোক অদুনা তারিবা মীদা ঙারুই অমসুং ঙংলুই হায়দুনা, ঙা ওইবা হায়বদগী 'ঙাঙ্বা' কৌই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## ঙাইবা

মীওইবগী ৱাখন্না ঙা-থেংদুনা, অসুম লোয়নদুনা হায়বদি, ঙাই ওইদুনা লৈ হায়বদগী ঙাই + ওইবা = ঙাইবা, কৌই ।

## থরোই

মচিল্ কাথোক্লগা মথা ওইনা লৈপাক্তা থারগা তক্লুনা চৎলি । মরম অসিদগী, মথাগা লোয়ননা চৎপা, থা + লোয় = থালোয়, মসিদগী 'থরোই' হায়না খঙনরে ।

## মৈ

অরংবা মঙানগা লোয়ননা চাকপদা, মতোন ওইবা হায়বদি, মমৈ ওইবা শরুক্তা, লামদুনা অমসুং ৱায়দুনা চাকই । মরম অসিনা, মমৈনা ৱায়রগা চাকই হায়দুনা 'মৈ' কৌই ।

## চুরাম্থাবা

লাল্ হায়বসি মীওইবগী থমোইদা চূদুনা লৈরবা থৌরম অমনি । অসিগুম্বা থৌরম অমা থাববু, চূ + লাল + থাবা = চুরাম্থাবা, কৌই ।

## ফনেক

ফি হায়বা অসিনা হকচাংদা লৈতেংলগা নুংঙাইতবা ৱাখল পুন্ন মক ফৈ অমসুং নেমই হায়দুনা ফনেম হায়বদগী 'ফনেক' কৌই। (খনেক)

## শুনু

লৈনুংদগী ফংবা নুঙ অসি অমুক শুংদুনা শীজীন্নবা য়াই হায়দুনা শুং + নুঙ্ – হায়বদগী 'শুনু' কৌই ।

## ফৈজোম

অফবা ওই, ফৈ । চোলনা অমসুং চোমনা লৈতেংবা ওই হায়দুনা 'ফৈজোম' কৌই ।

# লোল্গী ৱারম

## হঙোই

তীন্নচিংবা মচীঞ্জাক ওইবশিং অসি ফাদুনা চাবদা, য়াম্না থুনা হায়বদি অসুক্কী মতীক য়াঙনা ফাবা হানলি । মরম সিনা, হানবা ওই হায়বদগী ওই অসি ঙোই হায়না চৎনদুনা 'হঙোই' কৌই ।

## খুনু

যাম্না তেবা উচেক ওই । মীগা তিলনদুনা খুন মনুঙদা লৈবা পামই । উমং-ৱামংদা লৈনিংদে । মরম অসিনা খুন মনুঙদা হায়বদি খুন্নুংদা লৈ হায়দুনা 'খুনু' কৌই ।

## শবী

মালেমদা শা মখন্ অসিনা লৈরক্লিবা সি থৱায়পানবশিং পোক্লকপগী অঙনবা মতম ওই হায়বা খঙহনলি । য়াম্না লিরবা মতমগী শা ওই হায়দুনা শা মপী, শবী কৌরিবসি মরম অসিননি হায়বা খঙহনলি ।

## খোই

মশাদগী থোরকপা মরেক-মহাও অদু খোৎতোক্লগা, মপুঙফাবা মহুম শাদুনা লৈ । মরম অসিদগী খোৎ ওইবা হায়বদগী 'খোই' কৌই ।

## উচি

য়েংলুবা খুদিংদা, কাচিন-কোয়য়ানচিংবা মফমদা ইতৎতৎতনা উই । মচি-মরুমদা লোত্তুনদা লৈ । মরম অসিনা, মচি-মরুমদা উই হায়দুনা 'উচি' হাযনা খঙনরি ।

## শল

শা মখন্ অসি মীওইবগী ললগুম্না কান্নবা ওই । মবম অসিনা শা অসি লল ওই হায়বদগী 'শল' কৌই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## খুন

মীয়াম্না কাঙ্লুপ নাইনা লৈমিন্নরবদি, অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা, অৱাৎ-অপা পুম্নমক, পূনৈ অমসুং শোংনৈ । পুম্নমক অসি তারমদুনা খুন্নগুম্না নুংঙাই হায়দুনা, মীয়াম্না কাঙ্লুপ নাইনা লৈবা মফমবু 'খুন' হায়না কৌই ।

## থম্বান

ঈমায়দা অমদি ঈথক্তা, অপাকপা মনা মরক্তা, লৈতেং হাপ্লগুম্না পানলি হায়দুনা থাম + পান = থামপান, অসিদগী 'থম্বান' কৌই ।

## উরোক

মসিগী ৱাহন্দি, উবদা ইরায়-লায়না খঙবা হায়বনি । ঙৌরোক ঙৌবা মশা অদু, উবমক্তদা লোকশিন্দুনা হায়বদি লৌশিন্দুনা খঙবা ঙমই হায়বনি । মরম অসিনা উ + লোক = উলোক, হায়বদগী 'উরোক' হায়না খঙনরে ।

## থেংগু

থেংলুবদা তাশিন্দুনা হায়বদি কুশিন্দুনা লৈ হায়দুনা থেংকু, মসিদগী 'থেংগু' হায়না কৌই ।

## ইরোই

তপ্না অমসুং ইংনা লোয়নবা য়াই । মরম অসিনা ইংনা লোযনবা, ইলোই ইবোই, কৌই ।

## লঙ্জা

বাহৈ অসি শীঙনরগা হায়বদি লঙনরগা চাবা হাযবনি । মরম অসিনা লঙ্ + চা লঙচা, মসিদগী 'লঙ্জা' কৌই ।

# লোল্‌গী ৱারম

## শওম

মসি শা মখন্ পুন্নমজ্ঞগী থোইদোক-হেন্দোকনা হৈ-সিংই। মসিগী তাৎ অসি অঙকপা অমসুং অকিবা ফংনা ৱারীনবা কয়া লৈ। তাৎ হৈবদা য়োং হায়নরিবা অসিদগী, অসুক্কী মতীক হেন্না শাথীরবা মতীক-ময়াই লৈ ।মরম্ অসিদগী শা ওইবগী মতীক, অসিবু শীঙ্থানরদুনা, শা +ও+ ম = শাওম, মসিদগী 'শওম' হায়না চৎনরে।

## শঙাই

মসি য়াম্না তেবা শা মখন্ অমনি ।মীওইবগা তিলনদুনা নিংথিজনা লৈমিন্নবা অমসুং লোয়নবা য়াই হায়বদি ঙাই ওইবা য়াই হায়দুনা শা + ঙাই = শঙাই, কৌই।

## শেকপী

শেক য়ানবদা মসিগুম্বা উচেক মখন্ অনি শুনা লৈতে। মবম অসিদগী মসিবু 'শেকপী' কৌই।

## ঙানু

মসিগী শা অসি, মতু পানবদা নত্তনা, মশাসু পানলি। ঈরোইদুনা অমসুং ঈরূপতুনা মচীঞ্জাক থিরগা চাই। ঈশিংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরগা, নুংঙাইবা শা মখন্ অমনি। মরম অসিনা, ঙাগুম্না ঈশিংদা নুংঙাইনা লৈবা ঙমই হায়দুনা, ঙাগুম্না নুংঙাইবা হায়বদগী অশম্বা ৱাহৈ থিদুনা 'ঙানু' হায়না খঙ্নরি।

## য়েল

মতম খঙ্না হায়বদি পুঙজা নাইনা খোংই। মীপুম তিংনা মতমগী পাও য়েনলি হায়দুনা, অরেম্বা ৱাহৈদা 'য়েল' হায়বগা খঙ্নবে।

MANIPUR UNIVERSITY CANCHIPUR LIBRARY IMPHAL 93562

# কংলৈলোল্ গী অরুবা [illegible]হেল্লোন ।

## ব্রায়খু

মশাদা শোকপা, থেংবা য়াদে । ম[illegible] অ[illegible]না চপ্‌কদবগী ব্রায়শিনলকই হায়দুনা 'ব্রায়খু' কৌই ।

## খরং

মথৌনা লৈবা, শাথীবা উচেকনি । মমীৎ খানা যেংলগা, শীঙ্‌দুনা হায়বদি লঙ্‌দুনা লৈ হায়দুনা, খা + লঙ্ = খালঙ্, হায়বদগী 'খরং' কৌই ।

## উতুবী

উদা হন্দুনা মহুম শাই হায়দুনা 'উতুবী' কৌই । 'তু' গী ব্রাহন্দি হনবা, চীকপা । খুদম - খুনু তুন-ন-বা ।

## লফু

পানবী অসিগী অপাকপা মনাশিং অদু, ময়ি পরেং শানা লৈ অমসুং ময়েক য়ামনা লানা উই । পানবীগী মশাদা, মকাশিংনা য়াম্না চেৎনা হায়বদি ফুন্না য়োমদুনা হৌই হায়দুনা লা + ফু = লাফু, মসিদগী 'লফু' হায়না খঙনরে ।

## কিহোম

হৈ অসি মশা পুম্নমক মকিং (মক্রিং) পানলি, মহীসু য়ামনা হোমই। মরম অসিদগী কি + হোম - কিহোম, হায়না খঙনৈ ।

## থৈবোঙ্

পানবী অসিগী মহৈ অসি, মকু য়াম্না থায়, অমসুং পোঙই । মরম অসিদগী থৈবোঙ্ হায়না খঙনরে ।

# লোল্গী ৱারম

## মোরোক

মৈ মূবগুম্না, মসিগী অশাবা মতীক ময়াই অসি, হেক চারুবদা শাবনা হকচাংদ মূরক্ই । অশাবা অসিবু হকচাংনা লৌশিনলি হায়বদি লোকশিনলি হায়দুনা মূ + লোক = মূলোক, মসিদগী 'মোরোক' হায়রগা খঙনখরে । (শালি)

## পেরুক

মসি চাবদা অপেনবা শরুক অদুম ওই হায়দুনা পে + রুক - পেরুক, হায়না খঙনৈ ।

## কেঙোই

মসি য়েনশং ওইনা চাবদা ফৈ হায়বদি কেৎলি হায়দুনা কেৎ ওইবা হায়বদগী চৎনবা য়াবা ৱাহৈ শেমদুনা, কেওইদগী 'কেঙোই' হায়না চৎনৈ ।

## লৈঙোই

মসি উফুনগুম্না কুপপা অমসুং খরা হেম্না পৌবা লৈরীকনি । মতুম তারবসু, খুৎনা নোইবদা মকুপ্ তাই অমসুং কেঙই । মরম অসিনা, মসিসু লৈবাক অদুম ওই হায়দুনা, লৈওইদগী 'লৈঙোই' হায়না খঙনরে ।

## মেরুক

মসিদা হাপপা চেঙ্ অদু, মী অমগী শরুক ওইবা য়াই হায়দুনা মী + লুক মীলুক, মসিদগী 'মেরুক' হায়না চৎনরে ।

## পাখোঙ

অঙকপা ৱাংহংগী পাওখুম হায়বসি মী খুদিংমক্না পামনৈ । অসিগুম্বা ৱাহং অসি, ঈরম-খোংলমগুম্না, য়াম্না মরাং কায়না, অৱাৎপা

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

নাইদনা লৈ হায়দুনা, পা + খোং = পাখোং, হায়বদগী ৱাহৈ অসি অমুক অরুম্বা খোম্থোক্তা 'পাখোঙ' কৌরে ।

## শাওবা

মীওইবনা নুংঙাইতবা ৱাখল্ অমা পুক্নিংদা শাগৎলকপা অদুবু, শাবা + ওইবা = শাওবা, কৌই ।

## কুমৈ

'কু' হায়বদি পাম্বা, চানবা, কৎপনচিংববু খঙনবা ৱাহৈনি । 'মৈগী' ৱাহন্দি, মৈগুম্মা লংলবা, মতীক-ময়াই লৈরবা য়েংনিংবা অমসুং খঙনিংবশিং অদুবুনি । ৱাহৈ অনি অসিনা পুনলগা 'কুমৈ' হায়না খঙনরি ।

== 0 ==

মখাদা পীরিবসিং অসি অহল-লমনশিং, মরুপ-মপিজাশিংনা তাকপিরকপা খরা, লাইরিক্তগী অমসুং পাওগী চেদা ফংবা খরনি ।

## শম্

মসি অহাঙবা অতিয়াগা ইশম-শম্নবা ওই হায়দুনা 'শম্' কৌই ।

## অয়ুক

নোংয়ায় মতুঙদগী, নোংমগী ওইরক্লাদবী মতম অসি, অমুক য়োকখৎপা হৌরকই হায়দুনা, অয়োক হায়বা অসিদগী 'অয়ুক' হায়না চৎনরকই ।

## উ

মীওইবনা পানবী অসিবু ইহান-হান্না উই হায়দুনা 'উ' হায়না চৎনরকই ।

# লোল্গী ব্রারম

## থমোই

ব্রাখল পুন্নমক অসি অসুম নিংশিংদুনা থমবা ঙমমোই হায়দুনা 'থমোই' কৌই ।

## য়েৎ

শেংদবা, অয়েৎপা ঈ-নি হায়দুনা 'য়েৎ' কৌই ।

## ওয়

অফবা, অওইবা ঈ-নি হায়দুনা 'ওয়' কৌই ।

## থবক

মীওইবগা থাদোক্লাবা য়াদনা পক্লদুনা লৈ হায়বদগী থা + পক – থবক, কৌই ।

## কোলোয়

পুন্সিগী কোন্নদুনা লোয়নৈ হায়দুনা 'কোলোয়' কৌই ।

## হকচাং

মহৌশাগী ওইনা হক্কুনা চাং অমদা শেমই হায়দুনা 'হকচাং' কৌই ।

## লায়রবা

মীওইবনা অপাম্বা পোৎ অদু ব্রাৎলবদি, মদু ফংনবা হোৎনবদা ফংলোইদবা ওইরবদি থৌশাররোই । মরম অসিনা তৌগদবা থবক অদু অরায়বা ওইরকই হায়দুনা 'লায়রবা' কৌই ।

## কৈ

মীনা কি হায়বদগী 'কৈ' হায়না কৌখি ।

## তু

উনশা মরোনশিংবু তূনা ফাজিনলি হাযদুনা 'তু' কৌই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## পাম্বা

ঈ য়াম্না পামই পায়দুনা 'পাম্বা' কৌই ।

## শেল্লোই

শেলগুম্না কাননবা পোংচৈশিং চীঙদগী ফংই হায়দুনা 'শেল্লোই' কৌই ।

## চীঙ্গু

পুম্নমকপু চিংশিন্দুনা খঙবা ঙমই হায়ুদনা 'চীঙ্গু' কৌই ।

## নুংথিন

নুমীৎনা নোংঙানবগী মতমবু ওইহনলকলে হায়বদি থিন্দোরকলে হায়দুনা নোংথিন = নুংথিন, কৌই ।

## পাৎ

ঈশিং লৈফমশিংদগী পাথোরক্কুনা চেল্লক্লগা অচৌবা, অকুৎপা মফমদা তুঙ্গলগা, য়ামখৎলক্কুনা ঈমায় পাকথোক্লকই । পাথোরকই ১ সুং পাকথোরকই হায়দুনা পা হায়বদগী, চৎনবা য়াবা ৱাহৈ শেমদুনা 'পাৎ' কৌই।

## য়াইপল

শামুনা কুনবদগী হৌগৎলকপদা, য়াতোম্না লৈবাক্তা থেংউবদা, ফজবা লৈ অমা পাকলকই । মদুদগী য়াদা পকলকপনি হায়দুনা 'য়াইপল' কৌখি ।

# অরিবা ব্রাহৈশিং ।

অরিবা লোল্‌সি নুমীৎ খুদিংগী ওইরিবা পুন্সিদা চৎনববদি, ব্রাচোপ-খোনচোপ তাররোই । লেমজনিংঙাই ওইবা ব্রাহৈ-ব্রাতা কয়ানা, শাওনিংবা লৈরবসু হনলগনি । হৌজিক চৎনরিবা লোল্‌ অসিদগী হেন্না ফজবা লোল্‌ ওইরনি । থৌগনলোন যাওদবা, ব্রাঙাঙ্‌-শঙাঙ ফজদবা, থকশি-খাসি নাইদবা, অচোপ-অরেম খঙদবা অসিনচিংবা কয়া অসি থোৎ -নৌবা, নুংশিবা, ফজবা, থৌগনলোল ফজবা খোন্থোক কয়ানা থুমহৎতুনা, ফজবা লমচৎ-শাজৎ ওইরক্কনি । ব্রাহৈ-ব্রাতা ফজবা, খোন নুংশিবা অসিনা মীওইবগী পুক্নীঙ হু-ন-বগী মশক ওই । মরম অসিনা, অসুক যামনা ফজবা লোল্‌ অসিবু চৎনবীদদুনা, অরেম্বাদা মাঙহনলিবসি থমোই শোক্না নুংঙাইতে মসিবু মপুঙ ফানা চৎনরক্লবদি, মৈতৈ মচা পুম্নমক, মতীক-ময়াই চেনগদবা মানলি ।

মৈতৈলোলদা লৈরিবা, চৎনদ্রবা অরিবা ব্রাহৈশিং অসি, খঙদবা অমসুং তোয়না থেংনদবা অসিনা মরম ওইদুনা শীজীন্নদবনি । অরিবা ব্রাহৈশিং অসি খরদি তোয়না শীজীন্নদুনা, মী অয়াম্বনা খঙনরে । অদুগা শীজীন্নদবা কয়া অমা লৈরিবা অসিদি অসুম মাঙখিগদ্রা হায়না নুংনাংবা পোকলে । মসি য়ামনা তোয়না শীজীন্নবা ফৈ । নত্রবদি চৎনবা য়াবা ব্রাহৈ-বাতাশিং অসি লোইনমক ইমাঙ-মাঙখিবা তারে । হৌজীক্কী

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

মতমদা মসিবু থিজিন্দুনা য়াম্না তোয়না শীজীন্নরবদি, লোল অসিগী মরাং কায়বা অদু ময়েক শেংনা উৎবা ফংগনি । মীগী লোলবুদি ঐখোয়না কাচিন-কোয়য়া থিদুনা, ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়ামরুম মৈতৈলোলদা থেংচিন্নবা হোংনৈ, ঐখোয়গীদি কনানসু হোংনবীদ্রে । মসিগী মহুত্তা মীগী লোল কয়া য়ানশিন্নবা হোংনরে । মৈতৈলোলগী ওইবা, অনৌবা ৱাহৈ শেমদুনা, মমিং থোনবা অমসুং চংনবা হায়বসিসু য়ারিবমখৈ তৌনখিদ্রে । ফজবা অমসুং পক্লগদবা থিদুনা, মমিং অমতং থোনবা হায়বসি অরায়বদি নত্তে তৌইংগুম্বসুং তৌগে হায়বা অনিংবা অমা য়াওদ্রবদি, খরা হোংনবনা ওইবা য়ারোই । ৱারম অসি মীয়াম পুল্না হোংনমিন্নবা তাই । মরম অসিনা অনৌবা ৱাহৈ পুথোকপদা পুক্নীঙ চঙবগা লোয়ননা, অবিবা ৱাহৈশিং অসিসু থিজিন্দুনা তোয়না চংনবা তাই ।

## অরিবা ৱাহৈশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| কাই - কূ | | শালি - মোরোক | |
| কাইরৈ - য়েল | | শানু - মচানুপী | |
| কেৎপা - ফবা | | শালহানবা - তাহনবা | |
| কোলাং - উতোং | | শরাইথৌ - লমহুই | |
| কোংপুৎ - কোঙ্গুৎ | | শুমীৎ - শুম্বন | |
| কাওজোং - য়ুম্বী | | শুমলোই - মপুন | |
| কাংগোই - খুকউ | | শেকচুপ - উচুক | |
| কোংলেং - থৱান মৈচাক | | শেংগোই - পীগ্রাই | |
| শেংগোইবা - ইকাইবা | | সেংচরৌ - কনহৌবা | |
| শেংথাকপা - ঙমহনবা | | শেনফারাং - লৈচিন | |
| শামাবা - শেগায়বা | | শোইপাই - য়েল | |

# অরিবা ব্রাহৈশিং

শিওংবা - চৎহনবা
শিখৈনবা - শিমিন্নবা
শিথিবা - হাৎপা
শিফা - লৈচিন
শিয়েংবা - পোৎয়েংবা
শোনমোইবা - শোনবা
শোইনাইবা - চিংনবা
শৌমোনবা - শাওবা
শংদিং - ফি
শালোল - মীত্রং
শালওন - মপোক
লিলাথি - লিল
লাইপিচা - থেঙ্গু
লাঙজে - ময়ায়
লেংলোই - খজাই
মকি - লং
মকিং - মতু
মমিয়োক - য়াইফবা
মহুই - মমৌ
লীহেপপা - ·কোয়গনবা
লৈত্রেং - কজেংলৈ
লোইমু - ইরোই
মীতুয়া - মীহাৎপা
মোইমীৎ - মীৎ

মাক - লীরুং
মচুংশেন - মথৌনা
মতোমতে - লোইদে
মমালশম্বা - হাৎপা
পোমশং - অশংবা
পেংলোই - হয়িং
পললু - লৈপল
পলংলা - পল
পুনুং - ফুরীৎ
পনান - ফমুং
নোংমনবা - শিবা
নোংমনব্রাই - শিফম
নাপৌ - পৌরোন
নিমাংবা - মিপাইবা
নোংনাং - অতিয়া
নোংনেম - অব্রাং
নুজেংবা - নুংঙাইতবা
নিংমৎ - তুং
নিংনাং - হরিনোংনাং
চিপা - উচি
চিলা - নাকচি
চেঙ্গোই - মীৎ
চিননেনবা - চিনথীবা
চরাই - ফক

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

| | | |
|---|---|---|
| চৈরোইনবা | - | লোয়নবা |
| চুমিথাঙ | - | চুমথাঙ |
| তাংখ | - | শেল |
| তানফংবা | - | ফংবা |
| তাঙথবা | | ওঙবা |
| তাংকম | - | নাপী |
| তন্দুম | - | তন্দন |
| তনমু | - | নৌ |
| তাওরোই | - | পুঙ |
| খজিকপা | - | খনবা |
| খমলাং | - | থায়না |
| খাযি | - | লৈবায |
| খুমু | | নৌ |
| খানিংবা | - | লাইনিংবা |
| খকথবা | - | নৈথৎপা |
| খাইজেং | - | ময়াম |
| খেকমোই | | হামৈ |
| খোমজি | - | শমজেৎ |
| ঙাইখম্বা | - | ঙাইবা |
| ঙাইরোইনবা | - | লোয়নবা |
| ঙাইরোং | - | শিং |
| ঙাইখক | - | ঙাইহাক |
| ঙাইখাঙ | - | মোন |
| ঙৌচা | - | হবাই |

| | | |
|---|---|---|
| থোয়য়া | - | য়াথং |
| থিয়াথৌ | - | থৌনাফবা |
| থরাও | - | হারৌ |
| থিংকোন | - | নাকথং |
| থৈরানবা | - | ককপা |
| থরাওচি | - | বেঙ্গুন |
| ৱাইচু | - | থৌরম |
| ৱাইরং | - | নোংপোক |
| ৱাওচিক | - | অশাবা |
| বাইবৌ | - | খ্বাঙ |
| য়োয় | - | থৌজান |
| য়োযনবা | - | চান্নবা |
| য়াথোরকপা | - | থোরকপা |
| য়োমলোই | - | হালেংদবা |
| হয়েংশীৎ | - | হংচিৎ |
| হাওরং | - | ফি |
| হাতিং | - | তিংথৌ |
| হেবী | - | ইবেম্মা |
| হেবীখু | - | ইবুংঙো |
| হেমখু | - | হি |
| হুমানবা | - | থোকমিন্নবা |
| হেপলকপা | - | কোয়থোরকপা |
| হাথবা | - | থোকপা |
| হাপশা | - | হাপপা |

# অরিবা ৱাহৈশিং

| | | |
|---|---|---|
| হামলোন | | লৈচিন |
| হামুন | | শম |
| হুইবা | - | কুম্বা |
| হেমদৌ | - | খোঙ |
| হামবোইবী | | ওক্রবা |
| হেম্নালোই | - | ক্লাক |
| হেনমোইবা | - | নোংংবা |
| উরুক | | খুদেং |
| ইথি | - | ইদং |
| ইনাচম | | পে |
| ইনবাই | - | ইক |
| নাই | | তমপাক |
| ফুরাব | | পে কপা |
| কোযদিং | | চবোং |
| ফমোইমাং | - | মগাল |
| অন্বা | | লমহাঙ |
| ওংলৌ | | হকোগং |
| ঔবা | | থোনা |
| শুমাংলোনবা | | শুম চাব। |
| শেকনিঙ | | মকা, মনিং |
| শোংলৌ, শোংলোন | - | শব্দ |
| কজিন কবাওবা | - | নিনবা |
| কলৌপেং | | হঙোই, শোয়া |

| | | |
|---|---|---|
| শমজু লৈবাইনবা | - | চান্নবা |
| শোইনিংবা | | লাই নিংবা |
| নোনখৈ নিকপা | | ঙৈ নিকপা |
| খুম | | চফু মচা |
| তুক তুক | | মবক মবক্তা |
| থবাম | | নাপী |
| হাইশাৎপা | | তিল শাৎপা |
| হুইবী থৎপা | | বাশকপা |
| হংচেংলৌবা | | ঙক ককপা |
| কোংনা যেংবা | | মন্না যেংবা, চিংনাযেংবা। |
| কাংখ ব চা ভবা | | কাকো চাইবা |
| কৌনোঙ | | মখোঙ কাটি নাইবা |
| কিশি হাওবা | | কিশি থোকপা |
| বজিন কবাওবা | | নিনবা |
| ক লোন হেপপা | - | কংশি যেবা |
| ককতাং শুদাংব | | মতাং তেনবা |
| কংতেক নেমচিনবা | | কননা হোৎনবা |
| শবা তশুপ চুংবা | - | তু চোম্বা |

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন।

| | | |
|---|---|---|
| শিথি | - | খোন্দা থীবা, অশাওবা খোন |
| শিথি -থোকপা | - | হকথি থোকপা |
| শিরৈ তেংবা | - | অশিবদা লৈতেংবা |
| শিল্লৈলোম্বা | - | লৌশিং মপুঙ ফাদবা |
| শংকন নোংফাই য়েবা | - | অহিং লেক্কুনা শঙবা |
| শিকপ শিকাই হৌবা | - | শারৈ হৌবা |
| লৈরোই-খারোই তৎপা | - | লৈয়োং ফাইবা |
| মথী | - | মখে, মরূ |
| মাকমৈ | - | খাবান, তারিক, তিথি, তাং |
| মাঙশোক | - | ফমেনগী ওযথংবা শরূক |
| মীখন খায় | - | অথোইবা মী |
| মাঙরাই-তুংরাইবী | - | মাঙ-তুংগী রা খংবী, লাইওইবী |
| মাল্লৌ | - | ফি, শংদি, থাঙয়ি |
| মতুক হাঙবা | - | লানবা লৈতনা কনবা |
| মকিং নাইবা | - | পুকচেন শেংদবা |
| পুম্না হুপ্না পাক্না তাইনা | - | মীয়াম হৌন |
| পাকলোয় | - | কোয়য়েৎ, তোলোক |
| পাওশাবা | - | ফাগী তৌবা |
| পাওদোইবা | - | কুমৈ তৌবা |
| নুইনবা | - | য়াওঙ ইনবা |
| নতিক নামেনবা | - | তাৎ তৌবা |
| নেমশিবা | - | য়া-ন-বা, তাইনবা |
| নোংথোইবা | - | মতম লেনব |
| নমপোক | - | মকোক ওইব মী |
| নোংলাংবা | - | কোয়বা, চথোকপা |
| তোইতাওনবা | - | হরাওবা, নুংঙাইবা |
| চুপচি-লাইজি | - | চিথেক মরি |
| খীকফেন চাইবা | - | ঈশিং চাইবা |
| খেঞ্জোং লাংবা | - | চোং-ফনবা |
| খমলৈ ঈয়েং চেংবা | - | লায়রবা |
| থাওপী | - | লোক্কী মমায় |

# অরিবা ব্রাহৈশিং

| | | |
|---|---|---|
| থৌতীকখোন | - | য়াথং, পাওতাক |
| থেনোল | - | শৈবেং তাংকক্ অমা |
| যাকু | | থৈজুপ, ফৈজুপ |
| হায়মন তানবা | | অশম্বা থিবা |
| হাজং | - | শজীক, নাপী |
| হাথৈবা | | লোৎপা, থৈবা |
| হুইম থাবা | - | লেঙদনা থম্বা |
| হুমওইবা | - | ময়ুম ওইবা |
| হেকঙাই / নুয়েং চঙবা | - | কপনিংবা |
| উমদু | - | লুকথবা, নোন্তবা |
| উনাইবা | - | মপান ফবা |
| ঈয়োংবা | - | ঈশিং থকপা |

| | | |
|---|---|---|
| ইতুরৈ | - | ঈরাইবক্লা তম্বা |
| ফুচা ব্রাহোনবা | - | হাযবা, তাকপা |
| ফেনচি | - | মোইরাং লাইজি |
| অচিবা | - | অথোইবা, অহেনবা |
| অথি থীবা | - | ব্রারেম ঙাঙ্বা |
| অপোক লিহুই | - | পোকলকঙৈ |
| অমন শিবৈ / তেংবা | - | শিবা |
| অপাল-অপিল | - | অচৌ-অশাং |
| অচেন-খংলৈ / হৌবা | - | কন্না চেলবা |
| অথা কায়বা | - | নিংবা কাযবা, ফিংবা, তয়াং-তশোয়বা, থবক মথাঙ শুবা |

## ব্রাহৈগী লৈতেং

করিগুম্বা ব্রাহৈ অমা ঙাক্‌থোকললকপা মতমদা মপুঙ ফারবসু, মখা অমুক শমথদ্রিবমখৈ ইনুং-নুংঙাইতবা পোকপা, অদুগুম্বা ব্রাহৈ নত্রগা ব্রাতপ্ অদুবু, ব্রাহৈগী লৈতেং কৌই। খুদম ঃ- লৈ-শু, থাঙ-তেল, ব্রা-লান, ঈ-পাও অসিনচিংবা।

ব্রাহৈগী লৈতেং অসি মখন অহুম থোকনা অমুকসু খায়দোকই, মদুদি ঃ- (১) ব্রাহন্দোক লৈতবা ব্রাহৈনা ব্রাতপ্ ওইবা (২) ব্রাহন্দোক লৈরবসু ব্রাহৈগী লৈতেং ওইনা চৎনবা (ব্রাহন্দোক চৎনদবা) ১সুং (৩) ব্রাহৈগী লৈতেংসু ওইবা ব্রাহন্দোকসু লৈবা ব্রাহৈগী লৈতেং অসিনি।

(১) ব্রাহন্দোক লৈতবা ব্রাহৈনা ব্রাতপ ওইবা, ব্রাহৈগী লৈতেং অদুবু, অশেংবা ব্রাহৈগী লৈতেং কৌই। খুদম ঃ- 'শীঙ্-ঙেন' হায়বসিদা 'ঙেন' হায়বসি ব্রাহন্দোক লৈতবা ব্রাতপ্ ওই। অসুম্না, কোম্থোঙ্-কোয়য়া, চফু-চনায়, মহী-মনায়, লাইরিক-লাইশু, ফমুং-ফানুং, চুরি-চুনায়, কবুক-কনায়, উতী-ব্রাতী, লফু-লতং, খোংবান-লুকলাং, অশং-অমান, ঈশৈ-নোংমাই, শমঙ্-শনায়, কুচু-কুমেন, কচিন-কোয়য়া, হীদাক-লাংথক, তু-মান, উচেক-ওয়া, থবক-ইনখাং, নুংশীৎ-নুংহুম, ঙারী-ঙাতায়, লমহাঙ-তুহাঙ, শাইজিন-শায়া, ককচেং-খোইয়া, উফুন-ব্রাইফুন, ঈশিং-মাইশিং, মমি-শামি, শম্বল-শায়া, চীঙ-মান, অসিনচিংবা।

# ব্রাহৈগী লৈতেং

(২) ব্রাহন্দোক্ লৈরবসু ব্রাহৈগী লৈতেং ওইনা চৎনবা, (ব্রাহন্দোক চৎনদবা) ব্রাহৈগী লৈতেং কয়ামরুম লৈ ।মদুদি ঃ- 'এনশাং-নাপী অমতা লৈতে' হাযবা অসিদা 'এনশাং অমতা লৈতে' হায়বসি খঙহনলি । 'নাপী' হায়বসি ব্রাহন্দোক লৈরবসু, ব্রাতপ্ ওইনা হায়বদি লৈতেং ওইনা চৎনরে, নাপীবু খঙনদরে । অসুম্না ঃ- লৌ-শীঙ্, উহৈ-ব্রাহৈ, ব্রা-লান, মনাই-মশল, লাই-তীন্, লম-তু, শম্-না, নাপী-শীঙ্না, মরূপ-মপাং, নুপী-নহা, নুপা-নহা, কোল-লিক, হাও-নাই, শল-লোক, পোৎ-চৈ, শেল-থুম, নোং-চীঙ্, খুজিল-খুয়া, মনিঙ-ময়া, অচৌ-অশাং, মীনায়-মীশল, থৌ-লাং, অহল-লমন, শাগৈ-নাতৈ, মনা-মশীঙ, উরী-ব্রারী, মরোয়-মপাং, শূমাঙ-থেলোং অসিনচিংবা ।

(৩) ব্রাহৈগী লৈতেংসু ওইবা, ব্রাহন্দোকসু লৈবা, ব্রাহৈগী লৈতেং কয়ামরুম লৈ, মদুদিঃ- 'উ-ব্রা' হায়বসিদা উ অমসুং ব্রা অনিমক্কী ব্রাহন্দোক লৈ । অদুগা 'ব্রা' হায়বসি ব্রাহৈগী লৈতেং ওইনসু চৎনরে । অসুম্না, উনা-ব্রানা, য়ুম-কৈ, উশা-ব্রাশা, শা-ঙা, খোঙ-খুৎ, মমায়-মমীৎ, ফৌ-চেঙ, উৎ-ব্রাই, চৈ-লাং, থাঙ-তা, থাও-থুম, লৌ-ইংখোল, ঙা-চাক, চেঙ-চাক, অহিং-নুথিন, নুপী-অঙাং, উরুম-ব্রারুম,চীঙয়া-তময়া, লৌবুক-লমহাঙ্, মচি-মরুম, হৈরাং-লৈরাং, হৈনম-লৈনম, উচুক-ব্রাচুক, মশেল-মবাই, মনি-মমৌ, মমা-মপা, মনেম-মকু, মহু-ময়ায, উতুপ-ব্রাতুপ অসিনচিংবা ।

## ব্রাহন্দোক অনি চৎনবশিং

(১) মদু লাই-তীনগী থবকনি ।
শক্তাদু য়েংবদা লাই-তীন মানলি

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

মথক্কী ৱাহৈপরেংদা 'লাই-তীন' হায়বসি ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা চৎনরে । 'মদু লাইগী থবকনি' হায়না খঙনরে । মখাগী ৱাহৈপরেং অসিদনা 'লাই-তীন' হায়বসি, লাইগী শক্তা মানবা, শক থীবা, মচুক-মনা পৈবা, হেক য়েংবদা অকিবা পোকপা শক্তা মানবা অদুবু খঙনৈ ।

(২) চাক থি-ন-বা খাব�ৈ-খারা অমতা লৈতে ।
মানা ঈমুংদা খাবৈ-খারা ওইরে ।

মথক্কী ৱাহৈপবেং অসিদা 'খাবৈ-খারা' হায়বসি ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা চৎনরে । 'চাক থি-ন-বা খাবৈ অমতা লৈতে' হায়বসি খঙহনলি । মখাগী ৱাহৈপরেং অসিদনা 'খাবৈ-খারা' হায়বসি ওৎ-নৈববু খঙনরে । অসুম্না মনুঙদা ৱাহন্দোক লৈবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংবু চৎনবী নত্রগা লোল্চৎ কৌই । ৱাহন্দোক খেন্নবদনি, ৱাহৈগী লৈতেংসু চৎনবী নত্রগা লোল্চৎনি ।

(৩) মদু ফত্রবা মথী-মকুম ঙাক্তনি ।
য়ুমগী মথী-মকুম পুবা অরায়বা থবক নত্তে ।

মথক্কী ৱাহৈপরেংদা 'মথী-মকুম' হায়বসি পোৎকী অফবা শরুক লৌথোক্খ্রগা, লেমহৌবা ফত্তবা শরুক অদুবু খঙনৈ । মবম অসিনা ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা শীজীন্নরে হায়বসি খঙহনলি । অদুগা মখাগী ৱাহৈপবেং অসিদনা, য়ুম্বানবগী থৌরম খুদিংমকপু, কুপশেন-শেন্নরিবা অদুবু 'মথী-মকুম' পুবা কৌই । মবম অসিনা ৱাহৈ অসি চৎনবী ওইনা শীজীন্নবে হায়বা খঙহনলি, অসিনচিংবা ।

ৱাতপ্ হাপ্পা য়াবা ৱাহৈ নত্তনা, ৱাহৈগী লৈতেং হায়বসি চৎনদে । ৱাতপ্ হাপলিবশিং অসিসু, ৱাহৈগী খোম্থোক অদুগী মতুঙ

# ব্রাহৈগী লৈতেং

ইন্না, পক্লগদবা খোন্থোক থিদুনা, হাপ্‌পা যাবা অমসুং য়াদবা য়েংদুনা চৎনবনি। হাপনিংবা কয়া লৈরবসু, নাতৈ চাদ্রবদি চৎনবা য়াবা নত্তে। থায়নদগী চৎনরমলিবা ব্রাহৈশিং অসি, হাপ্‌পা য়াবমথৈ থিদুনা হাপ্লগা চৎনবন্নিবনি। অদুনা হৌজীক চৎনরিবা ব্রাহৈশিং অসি মপুঙ্‌ ফারবনি, হাপ্ পা যাবা অমতা লৈত্রে। অদুবু, অনৌবা ব্রাহৈ পুথোরক্লবদি মদুগী মতুঙ ইন্না, ব্রাহৈগী লৈতেং হাপ্তুনা চৎনরকপসু য়াই। খুদমঃ- 'লোঞ্জু' হায়বা ব্রাহৈ অসি লাইরিক অসিগী চৎনবীগী মতাঙ্‌দা থোনবা ব্রাহৈনি। অনৌবা ব্রাহৈ অসিদা ব্রাতপ্ হাপ্‌তুনা 'লোঞ্জু-নুংজু' হায়না চৎনবা য়াই, অসিনচিংবা।

# চমম্নবা ব্রাহৈলোন ।

কংলৈলোলগী ‘ন’ অমসুং ‘ল’না চম্বা ব্রাহৈশিং অসি, কবম্না চৎনবনো, হায়ফম খণ্ডদনা পকচৎ-চৎনরে । পুয়াশিংদা ইরিবা ব্রাহৈশিং অসিসু, করম্না চৎনবনো, হায়ফম খণ্ডনদ্রে, খুদম ঃ-

ফমপাল, ফমপান, পাঙকল, পাঙকন,
চীঙ্তোল, চীঙ্তোন, অসিনচিংবা ।

অঙকপা ফংনা, অসুক্কী মতীক্ ব্রাওইনরবা হীরম্ অসি, মতম কুইনা থি-হুমদুনা, ব্রাহৈলোন কয়ামুক পুথোক্লবা মতুঙদা, মসিগী মরম্ অসি খঙলক্নুনা মখাদা উৎলি ঃ-

ল-না চম্বা ব্রাহৈশিং অসি, ফজবা, লেম্বা, অকল-অথৌ ওইবা অমসুং মতীক-ময়াই লৈবদা চৎনৈ । ন-না অচম্বা মবমদা ওই । মবম্ অসিনা, মরুওইবা মতাঙ্দা, ব্রাহৈ খরগী হৌবকফম উৎপগা লোযননা, ব্রাহৈ কযামকমগী অচুম্বা খোম্লোক অদু মথংশীৎনা উৎলি ঃ-

(ক)

| | | |
|---|---|---|
| কল্ (লূম্বা) | - | য়োৎ কল্লি । কল্না ফারে । |
| কন (লূম্বা) | - | অমোৎপা কম্লোক্ই । |

# ব্রাহৈগী লৈতেং

| | | |
|---|---|---|
| কল (য়াংবা) | | অব্রাবা অদু কললে। |
| কন (য়াংবা) | | ফমফম কনলে। ঈশিং কনলে। |
| ※ কাল্ (লূম্বা) | | য়াম্না কল্নবা পোৎনি। |
| কান্ (লূম্বা) | | কান্নবা পোৎনি। (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| কাল (য়াংবা) | | কাল্লগা চৎলি। |
| কান (য়াংবা) | | মতম কান্নরে। |
| কোল্ (লূম্বা) | - | কোল্লূনা মিতমলে। কোল্ ফেঙ্লে |
| কোন্ (লূম্বা) | - | লারৈ কোন্লে। |
| কোল (য়াংবা) | - | ফিশাকোল লৈরে। |
| কোন (য়াংবা) | - | অঙাং কোনবীরে। নিংথৌগী কোনুংনি কোন্না চৎলি। য়েন্নবা কোন্নৈ। |
| কুল্ (লূম্বা) | - | শামুনা কুল্লি। |
| কুন্ (লূম্বা) | - | শাগী কুন্ফমনি। (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| কুল (য়াংবা) | - | মী লীশীঙ্ কুল শুরে। |
| কুন (য়াংবা) | - | চহী কুন শুরে। (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| | | ঙমলবা চীঙমায়দু কীল্থরে। |
| কীন্ (লূম্বা) | | লৈপল কীন্থরে। (অচম্বা ব্রাহৈ) |

※ য়েংগদবা - 'কালনবা' হায়বসি ফজবা ১সুং অরেম্বা ব্রাহৈ ওইনা চৎনৈ। অদুগা 'কাননবা' হায়বা ব্রাহৈ অসিনা, অচম্বা ওইনা চৎনৈ। অসুম্না চৎনবা ব্রাহৈ কয়া লৈ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

কীল (য়াংবা) - কিলনা শুরে ।
কীন (য়াংবা) - কিন্না শুগনু । (অচম্বা ৱাহৈ )

কেল (য়াংবা) - লৈমায়দা কেল্লবা লৈরাংনি ।
কেন (য়াংবা) - উনা কেনলে । (অচম্বা ৱাহৈ )

## (শ)

শল (য়াংবা) - শল ৱাইনরে । শরা শললে ।
শন (য়াংবা) - শনা শন অমনি । পাও শন্দোকলে

শাল্ (লূম্বা) - লম শাল্না চৎলি
শান্ (লূম্বা) - মণ্ডম শান্দ্রে । (পাঙদবা)

শাল (য়াংবা) - উশা শাললে । (ককৃপা)
শান (য়াংবা) - লৌ শানলে ।

শেল (লূম্বা) - মশেল্ মবাই চৎমিন্নৈ ।
শেন্ (লূম্বা) - শেন্লৈনরে । (পৈবা)
শেল (যাংবা) - শেল পীরে ।
শেন (য়াংবা) - শন শেনলি ।

শোল্ (লূম্বা) - ঈন্ শোল্লে ।
শোন্ (লূম্বা) - মশা য়াম্না শোন্লে ।
শোল (য়াংবা) - লাইৱা শোললে ।
শোন (য়াংবা) - মীনা শোননৈ । (অচম্বা ৱাহৈ)

# ব্রাহৈগী লৈতেং

শীল্ (লূম্বা) - হৈদি শীল্লি। নোংনা অতিয়া শীল্খবে
শীন্ (লূম্বা) - থৌরম শীন্নরে। পি শীন্থরে।
শীল (য়াংবা) - শিল পাঙ্দবে।
শীন (য়াংবা) - অমনবা অদু শিনলে।

(ল)

লল্ (লূম্বা) - য়ামনা লল্লে।
লন্ (লূম্বা) - য়ুম লন্না তাই। (অচম্বা ব্রাহৈ)
লল (য়াংবা) - লল য়ামনা তাললে।
লন (য়াংবা) - লনগী অব্রাবা ওই। (অচম্বা ব্রাহৈ)

লাল্ (লূম্বা) - তাইবঙ্পাল লাল্খ্রে।
লান্ (লূম্বা) - মতম লান্খ্রে। থোংলান্খ্রে।(অচম্বা ব্রাহৈ)
লাল (য়াংবা) - লাল শোক্লখি।
লান (য়াংবা) - অঙ্কদু লানলে। পোৎ লাননৈ।

লেল্ (লূম্বা) - উ লেল্থৎলে।
লেন্ (লূম্বা) - মতম লেনলে। লেন্নদুনা চৎলি।
লেল (য়াংবা) - শঙলেল শারে।
লেন (য়াংবা) - লেন তাই।

লোল্ (লূম্বা) - কংলৈ লোল্নি। মবোল্ লোল্লি।
লোন (লূম্বা) - মোজা লোন্লে। য়ুম লোননৈ। থোঙ্
লোন্লে। লোন্না লৈ। ঈলোন্বনি।
(ঈবোনবা)

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

লোল (য়াংবা) - মীলোলবীনি ।(মী খঙ্নবদা)
শালোলবীনি । (শা খঙনবদা)
ৱাংনা লোল্লগা থমই । অঙকপা শালোলনি । (মীৎত্রং)
চা লোললে । চীঙ্লোল, নোংলোল, পললোল .......

লোন (য়াংবা) - মাগী লোন ওই । (লেংগা)
চীঙ্লোন = চীঙগী মরম্, নোংলোন = নোংগী মরম্
অসুম্না, লোয় -ন-শিল্লোন, চৈথালোন ..........

লিল (য়াংবা) - লিলনা চীকই । মলিল য়াম্না ফৈ ।
(লিংজেন)
লিন (য়াংবা) - তোংজৈ মলিননি । (মরিন)

(ম)

মল (য়াংবা) - ফিগী মমলনি । য়েন্শাং মললে । (য়েলশাং)
মন (য়াংবা) - মদু অমনবনি ।

মাল (য়াংবা) - শক মালনৈ । মালেমনি ।
মান (য়াংবা) - চপ্ মান্নরে ।(অচম্বা ৱাহৈ)

মেল (য়াংবা) - ঈশৈ মেল থারে ।
মেন (য়াংবা) - অৱাৎপা মেনলে । নিংথৌনা মেন লাংই ।

ল-না চম্বা অরূম্বা খোল্হোক্তা 'লোল্' কৌই

# ব্রাহৈগী লৈতেং

মোল্ (লূম্বা) - লশিং মোল্লি ।
মোন্ (লূম্বা) - মোন্না থবক তৌই ।
মোল (য়াংবা) মোল খাঙুলে ।
মোন (য়াংবা) - শম্ মোনখোক্লে । (কক্পা)

মুল (য়াংবা) - শেল মুলখ্রে । ব্রাদু মুলনা খঙলে ।
মুন (য়াংবা) - হৈনৌ মুনলে ।

## (প)

পল্ (লূম্বা) - য়াথং পল্লে ।
পন্ (লূম্বা) - থবক পন্থরে । (অচম্বা ব্রাহৈ)
পল (য়াংবা) - লৈপল থোনলে ।থাপল ফরে । (থাবল)
পন (য়াংবা) - ব্রাহৈ অমতা পনদে । পন্থুফমনি । পনখৈনি ।

পাল্ (লূম্বা) ফি পাল্না শূরে । (ঙৌনা)
পান্ (লূম্বা) - পান্ থারে । পাৎ মপান্নি ।
পাল (য়াংবা) - নিংথৌ পাল্লি । তাইবঙ্পালনি ।
মপালগী লমদা লৈ । তেলনা পাললে ।
পান (য়াংবা) - উহৈ পানলে । য়ুম পানলে । মঙানি
পানলে । মমিং পানলে ।

পেল্ (লূম্বা) - পেল্না নোকই ।
পেন্ (লূম্বা) - চারি'মখৈ পেন্দ্রে । (অচম্বা ব্রাহৈ)

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

| | | |
|---|---|---|
| পোল্ (লূম্বা) | - | শাগী মতু পোল্লি । |
| পোন্ (লূম্বা) | - | পোন্থা শেমলে । (অচম্বা ৱাহৈ) |
| পোল (য়াংবা) | - | পোলপীলাংগী ৱাবমনি । (পোনবীলাং) |
| পোন (য়াংবা) | - | মখা পোনবা মীনি । নম পোনলে । |
| | | |
| পূল্ (লূম্বা) | | মীযাম পূল্না য়েংই । |
| পূন্ (লূম্বা) | - | লং পূন্লে । |
| পুল (য়াংবা) | | পুলদা ঈশিং লৈ । শীঙু মপুলনি । |
| পুন (য়াংবা) | | পুনলপ পুনশিনলে । |

## (ন)

| | | |
|---|---|---|
| নল (যাংবা) | - | উতুপ্পা নললে । |
| নন (যাংবা) | - | নূরা ননলে । |
| | | |
| নীল্ (লূম্বা) | - | লৌ নীল্লে । |
| নীন্ (লূম্বা) | | নীন্দুনা লৈবা কাননদে । |
| | | |
| নিল (যাংবা) | - | খোঞ্জেলনা নিললে । (খোন্থোক লৈবদা) |
| নিন (য়াংবা) | | থানিন ফজে । মনিন কারে । (খোন্থোক লৈতবদা) |
| | | |
| নাল্ (লূম্বা) | | মশা নাল্লি । |
| নান্ (লূম্বা) | - | লম্বী অনান্বদা তুবে । থৌবী নান্থোক্লে |

---

পুযাদা পুনশিনবা ভিনশিনবা হায়না লৈ ।

# ৱাহৈগী লৈতেং

| | | |
|---|---|---|
| নাল (য়াংবা) | - | লাইৱা শেল্লগা নাললে । |
| নান (য়াংবা) | - | তপ্না নানবীরে । (অচম্বা ৱাহৈ) |
| | | |
| নোল (য়াংবা) | - | কোক্ নোললে । |
| নোন (য়াংবা) | - | য়াম্না নোননা লৈ । |

## (চ)

| | | |
|---|---|---|
| চল্ (লূম্বা) | - | মাগী মচল্নি । |
| চন্ (লূম্বা) | - | মৌগী মচন্নি । |
| চল (য়াংবা) | - | উচল চেৎলে । পাঞ্জল চল্লে । শীঙ্ চললে |
| চন (য়াংবা) | - | পোৎ হাপ্লা চন্দ্রে । মদু চন্নদ্রে । লৈগী মচননি । |
| | | |
| চেল্ (লূম্বা) | - | লম শাংনা চেল্লি । |
| চেন্ (লূম্বা) | - | ৱারম্ অদু চেন্বা য়াদে। (লোৎপা) |
| চেল (য়াংবা) | - | অফবা পুকচেলনি। |
| চেন (য়াংবা) | - | পাও চেনখ্রে । মী চেন্নগনু । |
| | | |
| চোল্ (লূম্বা) | - | ফূরীৎ চোল্লে । |
| চোন্ (লূম্বা) | - | মতম চোন্থরে । |
| চোল (য়াংবা) | - | মী চোলনা তিললে। |
| চোন (য়াংবা) | - | ফৌ চোন্না হৈরে । |

---

● মানেমগী মিংগৌ - ময়া, মকূগী মিংগৌ - নমাক । অসুম্না, মবুংগী মিংগৌ - মচল্, মনম্মগী মিংগৌ - মচন্ ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

চিল্ (লূম্বা) - চিল্ পোমলে ।
চিন্ (লূম্বা) - লম্বী মচিন্দা লৈ ।

চিল (য়াংবা) - লৈ চিললে।
চিন (য়াংবা) - থবক চিনলে । নাম চিনলে ।

চাল (য়াংবা) - মচা ইবুংঙোনা চাললি ।
চান (য়াংবা) - মপুনা চানলি । (অচম্বা ৱাহৈ)

(ত)

তল্ (লূম্বা) - চৎলগা তল্না হনলি। ~~তল্ হৌরে।~~
তন (লূম্বা) লমতন্বা ফত্তে । (লমদন্বা )
তল (য়াংবা) - তল হৌরে ।
তন (য়াংবা) - তনবদগী চৎত্রে।

তাল (য়াংবা) - শেল তাললে । শা তাললি ।
উখুন তাললে । মিংচৎ তাললে ।

তান (য়াংবা) - শল তান্থোক্লে । য়ুমদগী তান্থোকই ।

তেল্ (লূম্বা) - পুন্সি তেল্লি ।
তেন্ (লূম্বা) শম্ তেননা কক্ই ।
তেল (য়াংবা) - তেল কাপ্ই ।
তেন (য়াংবা) - মাগী তেননি ।

# ব্রাহৈগী লৈতেং

| | | |
|---|---|---|
| তোল্ (লূম্বা) | - | মতোল্ চোংলে । |
| তোন্ (লূম্বা) | - | পীরগা নুংঙাইবগী মতোন্ ওই । |
| তোল (য়াংবা) | - | নোংদোল, চীঙ্‌দোল, উতোল ...... |
| তোন (য়াংবা) | - | মানা অতোনবা ওই । য়াম্না তোন্না লৈ শম্‌দোন, মৈভোন, য়াতোন ...... |
| তিল্ (লূম্বা) | - | তিল্ চোরে । |
| তীন্ (লূম্বা) | - | তীন্ শিরে । |
| তিল (য়াংবা) | - | মীয়াম তিললে । |
| তিন (য়াংবা) | - | তিনশিনলগা কুন শুরে । |

## (খ)

| | | |
|---|---|---|
| খল্ (লূম্বা) | - | ফৌ খল্‌লে । |
| খন্ (লূম্বা) | - | পুক্নীংদা খন্‌লি । |
| খল (য়াংবা) | - | মপু খল্লগা মহৈ ফংই । ফিজঙ্‌ খললে। |
| খন (য়াংবা) | - | খন্দা ওনলে। |
| খাল্ (লূম্বা) | - | মহৈ খাল্‌লে । |
| খান্ (লূম্বা) | - | মহৈ খান্‌বদা হরাওনৈ। (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| খাল (য়াংবা) | - | মিংশেল খাল্লগা য়েংই । |
| খান (য়াংবা) | - | মিংশেল খান্দুনা লৈ । (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| খেল্ (লূম্বা) | - | য়াম্না খেল্‌নরে । |
| খেন্ (লূম্বা) | - | অনিমক খেন্‌নৈ । (অচম্বা ব্রাহৈ) |

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

খেল (যাংবা) - মানা খেল য়েংই।
খেন (য়াংবা) - খেন ফত্তে। (অচম্বা ৱাহৈ)

খিল (য়াংবা) - কোৎ অমা খিল্লে । ফৌ খিল্লে ।
খিন (য়াংবা) - অসুম খিন্দুনা লৈথোকই।

খোল (য়াংবা) - লোং খোল্লে। মী খোল্লগা নুংশিবা ওই ।
খোন (য়াংবা) মীগী খোন তারে ।

খুল্ (লূম্বা) - লূক খুল্লে ।
খুন্ (লূম্বা) - তারমদুনা খুন্লে ।
● খুল (য়াংবা) - তাংখুলগী খুলনি ।
খুন (য়াংবা) - তমগী খুন্নি । উখুন তৌই । ইনাক খুনলি ।

(ঙ)

ঙল্ অমসুং ঙন অনিমক অরেম্বা ১সুং অচম্বা ৱাহৈদা চৎনৈ । অসুম্না, ঙাল ১সু ঙান অসিসু চৎনৈ ।

(থ)

থল (য়াংবা) - পূক থললে ।
থন (য়াংবা) - ঈশিং থননা লৈ । (অচম্বা ৱাহৈ)

---

হান্না খুন্দাবা চীঙদা - খুল, তমদনা - খুন, অসুম্না চৎনৈ

# ৱাহৈগী লৈতেং

থাল (য়াংবা) - মৈ ঙালনা থাললে ।
থান (য়াংবা) - মৈ থানবা য়াই । (অচম্বা ৱাহৈ)

থেল্ (লূম্বা) - লৌশিং থেল্লি ।
থেন্ (লূম্বা) - ঈশৈং থেন্লি । (অচম্বা বাহৈ)
থেল (য়াংবা) - কৈথেল কারে । চীঙয়াগী থেলনি।
থেন (য়াংবা) - কৈথেন, থেন, মথেন .....(অচম্বা ৱাহৈ)

থীল্ (লূম্বা) - থীল্লে, শৎ চৎলু । পুঙ্ থীল্লে ।
থীন্ (লূম্বা) - থবক থীন্থরে ।
থিল (য়াংবা) - চৈনা থিললে।
থিন (য়াংবা) - য়ুম্দা থিনখরে ।

থোল্ (লূম্বা) - লৈ পরেং থোল্লে । য়ুম্ মথোল্ শাই
থোন (লূম্বা) - পুক থোন্লে ।
থোল (য়াংবা) - মিংথোল ফংলে ।
থোন (য়াংবা) লৈবাক থোনলে । পোৎ থোনলে ।

## (ৱ)

ৱাল্ (লূম্বা) - ফৌ ৱাল্লে ।
ৱান্ (লূম্বা) - চেঙ্ ৱান্বা চৎখি । (অচম্বা ৱাহৈ)
ৱাল (য়াংবা) - ৱালথরে । (ৱাস্থবা)
ৱান (য়াংবা) চবা ৱানলে ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## (য়)

য়াল্ (লূম্বা) - উ য়াল্থৎলে ।
য়ান্ (লূম্বা) - লময়ান্খরে ।
য়াল (য়াংবা) - থৌরী য়াললে ।
য়ান (য়াংবা) - ঈশিং য়ানশিনলে।

য়েল্ (লূম্বা) - ঈদগী য়েল্ ওইবকই।
য়েন্ (লূম্বা) - উয়েন্ য়াম্না লৈরে।য়েন্নীঙ্ চোংলে ।
য়েল (য়াংবা) - য়েলনা খোংই ।
য়েন (যাংবা) - মীয়ামদা য়েনলে।

য়োল্ (লূম্বা) - ময়োল্ চোংলে।
য়োন্ (লূম্বা) - ইম্ফালদি ময়োন ওই ।
য়োল (য়াংবা) - পোৎ য়োললে।
য়োন (য়াংবা) - য়োনবদা শীৎতে। (অচম্বা ৱাহৈ)

## (হ)

হল্ (লূম্বা) - লৈবাক হল্লে।
হন্ (লূম্বা) - ৱারমদু হন্দুনা থি।
হল (য়াংবা) - হলনুরে । (হনুবা) অহলবনি ।
হন (য়াংবা) - য়ুম্দা হনখরে । হন চঙ্লে ।

হাল (য়াংবা) - নুশীৎ হাললে ।
হান (য়াংবা) - অদুনা অহানবনি ।

## ব্রাহৈগী লৈতেং

| | | |
|---|---|---|
| হেল্ (লূম্বা) | - | শক্ হেল্লি। |
| হেন্ (লূম্বা) | - | লৈহেন্নবা খোঙচৎনি। |
| হেল (য়াংবা) | - | মানা ইহেল-হেললি। |
| হেন (যাংবা) | - | যাম্না হেন্না শাংই । (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| | | |
| হোল (যাংবা) | - | পোৎ হোললে । |
| হোন (যাংবা) | - | নিংশা হোনলে । |
| | | |
| হুল (য়াংবা) | - | লৈতুম হুললে । মৰু হুললে । উবেপ হুললে। |
| হুন (য়াংবা) | - | মিহুন কাঙ্লে । মীবু হুন্দুনা ঙাঙ্গনু । |

### (উ)

| | | |
|---|---|---|
| উল্ (লূম্বা) | - | শউল্ অদু মতু পোললি। |
| উন্ (লূম্বা) | - | উন্ খুইবে । (অচম্বা ব্রাহৈ) |
| উল (য়াংবা) | - | লল য়াম্না উললে। |
| উন (যাংবা) | - | উন য়াম্না তাই । |

### (ঈ, ই)

| | | |
|---|---|---|
| ঈল্ (লূম্বা) | - | কল্না ঈল্লে। |
| ঈন্ (লূম্বা) | | ঈন্ চিংলে । |
| ইল (য়াংবা) | - | চাক্ ইললে । |
| ইন (যাংবা) | - | তুং ইনলে । |

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

## (ফ)

ফল (যাংবা) - মশা ফললে ।
ফন (যাংবা) - মনা ফনলে । (অচম্বা ব্রাহৈ)

ফাল (লূম্বা) - হৈ মহী ফাল্লগা লেঙ্খ্রে ।

ফান (লূম্বা) - খুদোং ফান্দুনা লৈ । (অচম্বা ব্রাহৈ)
ফাল (যাংবা) - নাপী ফাললে ।
ফান (যাংবা) - ফান্দা ফমই ।

ফেল (যাংবা) - মযুংগা মফেলগা খেন্নে ।
ফেন (যাংবা) - ফিদু লংদোম্না ফেনলি । (অচম্বা বাহৈ)

ফোল (যাংবা) - খবদং ফোললগা পুবে ।
ফোন (যাংবা) - মফোন ওইবা পামই ।

ফূল্ (লূম্বা) - ফূল্ তাবে ।
ফূন্ (লূম্বা) - অমদা ফূন তবানি ।
ফুল (যাংবা) - কোম ফুললে ।
ফুন (যাংবা) - নিংশা ফুনলে ।

## (ও)

ওল্ (লূম্বা) - মীৎত্রংদা চেদগী শেল ওললি ।
যেরুমদগী যেলনাও ওললি ।

## ব্রাহৈগী লৈতেং

ওন্ (লূম্বা) - অকন্বগী চাং ওন্লে। অব্রাং ওনলে।
কাংখোঙ্ ওনলে। মদু ওন্ন-তৈনরে।
পুকচেন ওনলে।

## ব্রাতপ শীজীন্নবা

ব্রাতম শীজীন্নবদা ল-না অবেম্বদা অমসুং ন-না অচম্বদা ওই খুদম ঃ-

পাযশিলবা - পাযশিনবা,
ব্রাহলবা - ব্রাহনবা, অসিনচিংবা।

# লোম্হৈলোন

লোল্ হায়বসি মতম মতমগী মতুঙ ইন্না শেমগদবনি হায়বা পুয়াগী ৱাবম লৈ, মসি অচুম্বনি । মতম মতমগী মতুঙইন্না চৎনৱিবা মবমশিং অদুদগী থিরুবা খরদং পুথোক্কুনা, লাইরিক অসিদা ফোঙদোক্ল বা হোৎনবা হায়বসি, শিল্লে লোম্বগীদি, মৈনা ৱায়, তাঙ্না শম হায়বদু ওইরে । মরম অসিনাৱাহৈগী মরম অসি নৈনদ্রিঙৈগী মমাঙদা, লোল্ অসিগী মরম অমতং উৎপনা, মপুঙ ফাবা ওইগনি হায়না খন্‌লি । ৱাহৈগী মরম পনলুবদা, লোল অসি ময়েক মাপলনা হৌবা ৱাহৈ ৱাৎনা চৎনরম্লিবা করিগীনো হায়বা ৱাহং অমা হেক্তা লাকই । মসিদা য়াম্না শমনা খুমনিঙবদি - মীওইবনা পোক্লকপদগী লৌশিং তারক্লগা, খোম্হোকশিং অদু হাযবা হৈতদুনা চৎনরমদবদি নত্তে । চৎনরম্লিবা লোল্ অদুগী তুং ইনলুবদনি । মরম অসিনা শেমলকপদা য়াওরক্রুবনিনা, হৌজিকসু অদুম ৱাক্কুনা লৈরিবা অসিনি ।

লোল্ অসিবু শীজীন্নরম্লিবা খুন্নাই অদু লাইগা তাইনদুনা পাললি । মীওইবা হায়বসি পোক্লকপদা ঙাইহাক্তি পঙথৈ । মরম অনি অসিদগী তাইনদুনা পঙনাপাললি হায়দুনা 'তাইবঙ্‌পাল' কৌরম্লিবা অসি, মরম অসিননি হায়না খনবা তাই । লাইগা মীগা তাইনদুনা পাম্লবনিনা, লাইগী লোল্‌দা চৎনবা ৱাহৈ-ৱাতা খরদি, মীওইবগী লোলদা চৎনরমগনি হায়না খনবা তাই । মসিগী খুদম ওইনা হায়রবদা,

# লোইন্থেলোন

মীনা লাইব্রা কযা শীজীন্নরি । 'ছুং' হায়বা ব্রাহৈ অসিসু লাইগী ব্রাহৈ ওইরম্বা য়াই হায়নিংই । মরম অসিনা লাইগা মীগা তাইনদুনা ময়েক্কা কোন্ননা চৎনরক্লবা লোল্ অসি মতম মতমগী মতুঙ ইন্না শেমগদবনি হায়না থমবীরম্মী ।

মথক্কী ব্রারম অসি, তুংগী মীরোন্না চৎনবা য়াগদবা মরম য়েংলগা থম্বীরন্নবনি হায়বসি খনবা তাই । অদুবু লোল্ অসিদি মতম শাংনা শেন্নক্লে । অদুনদি হৌজীক ওইরিবা ফীভম অসি য়ৌবা তাবনি । মরম অসিনা হৌজীক থিগদবা কয়াগী মনুঙদা, ব্রাহৈগী খোম্বোক অসিসু, থেনোল অমগুম্না লৈ । খন্নাংঙৈদা চৎনরম্বা ব্রাহৈশিং অদু, হৌজীক্কী মতমদা মদুগী খোম্বোক অদু পাম্নদ্রে । ময়েক মাপল হাপ্তুনা, অমুক চৎনরকপা অসি, হান্নদগী হেন্না ফজবা কয়া য়াওরে । অদুগা চৎনবা য়াদবা কয়া অমনা, খোম্বোক থৈদোক-থৈজিন তৌদুনা শেমলে । অসুমনা চৎনবা অসি, য়ানিঙদবা মীনা কোঙ্গায় ওইরে । ব্রাহন্দোকসু মফম-মরাং খঙদবা, মরম্ চুম্না চৎনবসু য়াদবা, চৎনদবসু য়াদবা ব্রারম ওইনা ঙাঙ্নৈ, মদুদি ঃ- কলবা, পালবা, চেলবা অসিনচিংবা অসি কনবা, পানবা, চেনবা, অসুমনা চৎনরে ।

ব্রাহৈশিং অসিগী মরমদা, মুলনা থিরগা চৎনবা য়াবা অদুম লৈ । মসিগী চৎনগদবা মরম্ অদু খুদমগা লোয়ননা মখাদা মথংশীৎনা উৎলি ঃ-

## (১) অব্রাবা অদু কনবীরে

ব্রাহৈপবেং অসিগী ওইগদবা ব্রাহন্দোক যেংলগা 'কলপীলে'

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

হায়গদবনি, খোন্থোক নুংঙাইতদুনা লোন্থেদা চৎনবনি হায়বসি খন্বা তাই । মরম অসিনা ৱাহৈপরেংগী ৱাহন্দোক মুলনা খঙদবা য়াদে ।

## (২) পোন্দা য়োকপা পোনবীনি ।

'পোলতা যোকপা পোলপীনি' হায়গনি । লোন্থেনি হায়বা অদুম খঙনৈ ।

## (৩) নিংথৌ পানবা লৈবাকনি

'পানবা' হায়বসি লোন্থে ওই । পালপা অমসুং পানপা অনিমক লোন্থেদা 'পানবা' হায়না চৎনৈ । মবম অসিনা ৱাহৈপরেংগী ৱাহনে দাক্তা ওইগদবা অদু য়েংলগা অদুম খঙবা ঙমই ।

## (৪) ফৌ খন্বা লোইরে

'খন্বা' হায়বসি অরূপ্বা খোন্থোক ওইবা লোন্থেনি, 'খল্পা' দগী ওইরকই হায়না খঙ্গদবা ওই ।

## (৫) মরূ হুনবা য়ারে

'হুনবা' হায়বসি অয়াংবা খোন্থোক ওইবা লোন্থেনি । ৱাহৈপরেংগী মতুঙইন্না চৎনফম অদুম খঙই ।

## (৬) লানবা চাবা য়েংই

'লানবা' হায়বসি শীঙ্নবা হায়বনি, লোন্থেনি । তোযনা চৎনববা অসিগুবা ৱাহৈশিংদি থোইদোক্তে ।

# লোন্থৈলোন

## (৭) পুঙ্ থীন্‌বা য়াদে

অচুম্বা ব্রাহৈদা 'থীল্‌পা' হায়বসি লোন্থৈদা থীন্‌বা ওই ।

## (৮) উ য়ান্‌বা থিংলে

'যাল্‌পা' হাযবনি, লোন্থৈদা চৎনবসিসু খঙবা তাই ।

*য়েংগদবা ঃ-* ময়া তাবা, মমল তাবা, ফৌ ফৌ, লৈ লৈ, পাও পাও অসিনচিংবা অসি, ঙাঙ্‌নরিবা ব্রারম অমসুং থৌদোক-ব্রাথোক্কী মতুঙ ইন্না খঙ্‌নবা, বারম-থৌরম ঙাক্কনি । অসুম্না লোন্থৈগী ব্রাহৈশিং অসিসু চৎনবিবা অসিনি । অদুগা লোন্থৈদা চৎনরিবা ব্রাহৈশিং অসি লোন্থৈ নত্তবদা চৎনরবদি অবানবা ওইগনি । মবমদি লোল-পাল, চিল্,লাল, উল, অসিনচিংবা কযা লোন্থৈ নত্তবদা চৎনরি । খুদম ঃ-

লোন্থৈ - হিন্দি লোন্‌বা হৈতে । মরোন্ খঙ্‌দে ।
লোন্থৈ নত্তবদা - হিন্দিগী লোল্ খঙদে ।
নিংথৌ পাললে, চিল্ পোমলে, অসিনচিংবা

## ফাইলুব্রা (Synonym)

ব্রাহন্দোক মান্নবগুম তৌবা, শীজীন্নফম খেননবা ব্রাহৈশিং অসি, মৈতৈলোল্দা মসিবু খঙনবা ব্রাহৈ লৈতে। মসি মুল্না খঙদ্রবদি, শীজীন্নবদা য়ামনা কক্ঙাওনবা, ফাইপোক্ কুমনা লুবা ব্রাহৈ ওই হায়দুনা (ফাই + লু + ব্রা) ফাইলুব্রা, হায়না থোনলে। মৈতৈলোলদা মসিগী ব্রাহৈশিং অসি য়াম্না মবাং কায়না লৈ। থোইদোক-হেন্দোক্লা লোল্ মখল অনি থোক্লা লৈবনিনা, য়াম্না মরাং কায়না লৈ। ব্রাহৈ কয়ামরুমগী মান্নবগুম তৌনা শীজীন্নবিবা মরমশিং অদু মথং মথং ওইনা উৎলি ঃ-

### অহিং অমসুং নুমিদাং

বাহৈ অনিমক ব্রাহন্দোক মান্নে হায়দুনা, হেক্তা শীজীন্নবা য়াদে, খুদম ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| (১) অয়ুক-নুমিদাং হায়নৈ | – | অয়ুক-অহিং হায়নদে। |
| (২) অহিং-নুংথিন হায়নৈ | -- | নুমিদাং-নুংথিন হায়নদে। |
| (৩) নুমিদাংব্রাইবম হায়নৈ | - | অহিংব্রাইরম হায়নদে, অসিনচিংবা। |

### অহিংগী শীজীন্নফম

'অহিং' হায়বসি থোইদোকপা ব্রাহৈ অমা ওইনা মখাদা পীরিবা মরমশিং অসিদা শীজীন্নে, খুদমঃ-

# ফাইলুব্রা

(১) ব্রারী ব্রাতাযদা - অহিং-নুংথিল খায়রিবসি মহৌশাগী খুৎশেম্মনি । অহিং হৌখিদুনা নোংঙানলে । নুমীত্তুগী অহিংদু মী পুম্নমক তম্নরমদে, অসিনচিংবা ।

(২) মকওইবা মতাঙদা - মকু হায়বসি অহিংদা নত্ত্রবদি মখোযনা কবিশু উবা ঙমদে । থবক অদু ঙসিগী অহিং অসিদা লোইহৌদ্রবদি, মতুংদা অমুক হন্না যাররোই, অসিনচিংবা ।

(৩) মহৌশাগী নীঙথিজবদা থাবল ফবা অহিংসে পক্লাঙ হনা নুংশিদা ! থরানমিচাকশিং অসি অহিংদা নিংথিজনা উই, অসিনচিংবা ।

(৪) মতীক-মযাই ওইবদা অব্রা-অনাগী মৈচাকনা খাঙঙমদ্রবা মীওইববু, অহিং কৌবা লাইবেলবীনা শুমদুনা নংঙাইনা পোথাহনলি । অহিং তুমদ্রবদি মীওইবগী হকচাং অসি চোকথবকই, অসিনচিংবা ।

(৫) ওইখিবা, ওইবিবা ১সুং ওইরক্কদবদা — মহাক পোকখিবা মতম অদু অহিংদনি । হৌজীক অহিং ওইরিঙৈদা চৎহৌরসি । অহিং ওইবক্কনি খনবদা ব্রাই, অসিনচিংবা ।

(৬) ঙসি, ঙরাং, নহান্নচিংবদা ঙসিগী অহিংসে থাবল ইফৎ-ফত্তে । ঙরাং অহিং নোং তাখি । নহানগী অহিং অদু য়াম্না ইংলম্মী, অসিনচিংবা ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

(৭) পুঙশীঙ তাকপদা -- মতমদু পুঙ্ ৭ তাবা অহিংনি । লাক্লিবা ডাং ৫ গী অহিং, পুঙ্ ৯ তাবদা গ্রহণ তৌগনি হায়নৈ, অসিনচিংবা ।

## নুমিদাংগী শীজীন্নফম

ইচম চম্বা বাবমদা, মখাদা পীবিবা মবমশিং অসিদা শীজীন্নৈ, খুদম ঃ

(১) বাবী বাভাযদা নুমিদাংদা থবক শবা নুংঙাইবা হৌনদে । নুমিদা গী মতম ওইবে, মৈ থানগৎলো, অসিনচিংব ।

(২) ওইখিবা, ওইবিবা অমসুং ওইবক্লদনদা মফমদু যৌবদা নুমিদাংগা যাচঙবা মতম ওইবম্মা । নুমিদাং ওইবিঙেদা লোননা চৎনবা হৌংনবি । নুমিদাং ওইবক্লগা মহৈ মহৈ তুমগে হায়বক্লনি, অসিনচিংবা ।

(৩) ঙবাং, ঙসি, হোবেল, হযেংনচিংবদা — মহাক ঙবাং নুমিদাংদগী ঙসি নুমিদাং ফাওবা লৈ । হোবেল নত্রগা হযেং নুমিদাং উনবা যাই, অসিনচিংবা ।

(৪) পুঙ্শীঙ তাকপদা — হোবেল নুমিদাং পুঙ্ ৭ তাবদা উনশি । হযেং নুমিদাং পুঙ্ ৯ তাবদা লোইগনি, অসিনচিংবা ।

## য়ৌবা, থুংবা

য়ৌবা - (১) অনকপা নত্রগা অবাপ্পা খোঙ্চৎ ওইববসু, মথং মথং চত্থবা যাবদা, খুদম ঃ-

# ফাইলুব্রা

মহাক ইম্ফালদগী কাংচুপ্ য়ৌরবা মতুঙদা শিংদাসু য়ৌগনি । চীঙয়ায় য়ৌরগা মতোল য়ৌবা ঙমদদুনা হন্লকলে, অসিনচিংবা ।

(২) মহৌশাগী ওইবা থৌরম ১সুং মীওইবগী শিল্লাংবদা, খুদমঃ- নোংঙান্লমদাই মতম য়ৌরক্লে । থবক্তু লোইরমদাই মতাঙ্ য়ৌরে, অসিনচিংবা ।

(৩) হেঞ্জিনবা মতাং ওইবদা, খুদম ঃ- অসি য়ৌনা ব্রারবা মতাঙদা কনানসু মতেং পাংবীদে । অদুদি অপঙ্বা মীগী ব্রাখন্না য়ৌবা ঙম্বা লৌশিং নত্তে, অসিনচিংবা ।

থুংবা -(১) অরাপ্পা খোঙচৎকী অরোইবা পোত্থাফম ওইবদা, খুদমঃ- মহাক ঙসিদগী চৎলবদি হয়েং থুংগনি । মমা শিরবা মতুঙদা, মহাক ঙসি থুংলরে, অসিনচিংবা ।

(২) কোম্নবা অমসুং ফংবদা, খুদম ঃ- মদু থৌরীনা য়েৎপদা থুংই । মহাক্ত নিংবদু থুংলে ।মখোয় অনিমক অমমম্ থুংই, অসিনচিংবা ।

(৩) লায়না, শম্ব্রুনচিংবা লৈবদা, খুদম ঃ- মহাক লোক থুংলে । চিনবান্দা শম্ব্রু থুংবা ফজৈ, অসিনচিংবা ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## খনবা, নীঙবা

খনবা - ৱারম কয়া ওইবদা, খুদমঃ- ৱারম পুন্নমক খনলগা তৌবা ফৈ, অসিনচিংবা ।

নীঙবা - মরম অমতা ওইবদা, খুদমঃ- লাই নীঙবদা পুক্নীঙ্ অনি লোঙফদে, অসিনচিংবা ।

## ঙাকপীবা, কনবীবা

ঙাকপীবা - মরান ওইবা ৱারমদা, খুদমঃ- মহাক্কী মরান ঙাকপীরে । লানলবদি চানবীদুনা ঙাকপীবা তাই, অসিনচিংবা ।

কনবীবা - খুদোংথীবা ১সুং য়েক্লবগী মতাঙদা, খুদমঃ- ঈরাক্ন বদগী কনবীরে । য়েক্লবনা হাৎকে তৌবদগী কনবীরে, অসিনচিংবা ।

## হৌনবী, চৎনবী

হৌনবী - হোংবা য়াদবা মহৌশাগী মতৌদা, খুদমঃ- উচেকশিংনা খোংলিবসি মখোয়গী হৌনবীনি । পোল্লগা শিবা হায়বসি মীওইবগী হৌনবা লমচৎনি, অসিনচিংবা ।

চৎনবী - শীজীন্নবা য়াবা ১ সুং য়ানরবা থবক্তা, খুদম ঃ- তুপী উপপা হায়বসি সাহেবশিংগী চৎনবীনি । হিন্দুশিংগী চৎনবীদা বলি তৌবসি কিনৈ । পঞ্জাবীশিংনা শম্ খাকলিবসি মখোয়গী চৎনবীনি, অসিনচিংবা ।

# ফাইলুৱা

## লূবা, নান্‌বা

লূবা - মনুঙ-মপাল অনিমক ফজবদা, খুদম ঃ- মীওইবনা অরূবা ঈশিং থক্‌পা পামই । পুকচেল লূবা মীবু খ্বাইনা চানলি, অসিনচিংবা ।

নান্‌বা - মপাল থংবা শরূক্কী ফজবদা, খুদম ঃ- মীওইবনা ফিজেৎ নাননা শেৎপা পামই । ৱাই নাননা তৈবদু য়েংবদা ফজৈ, অসিনচিংবা ।

## লীক্‌পা, লুবা

লীক্‌পা - যামদনা শীজীন্নবদা, খুদম ঃ- মদু লীক্লা শীজীন্নরবদি কুইনা চৎকনি । য়ামনা লীক্‌মন্‌লবসু মীনা নুংশিদে, অসিনচিংবা ।

লুবা - চেকশিনবা মরমদা, খুদম ঃ- মাদি পোৎ-চৈ পুম্নমক য়াম্না লুনা তৌই । লুনা তৌবা পোৎতি ৱায়বদা পীনীঙদে, অসিনচিংবা ।

## ঙাঙ্‌বা, হায়বা

ঙাঙ্‌বা - মরুওইবা ৱাবমদা, খুদম ঃ- মীনা ৱা ঙাঙ্‌বদা মুল্‌না তাগদবনি । মীতিন অদুদা মহাকনা ৱা ঙাঙ্গনি, অসিনচিংবা ।

হায়বা - ইচম-চম্না ফোঙদোকপদা, খুদম ঃ- মহাক্কী মরমদা করিসু হায়নীঙ্ঙাই লৈতে । মাদি হায়রিবা মখৈ ইয়া-য়াবা মীনি, অসিনচিংবা ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## ঈথক হৌবা, ঈথক কাবা

ঈথক হৌবা - ঈথক ওইবকপদা, খুদমঃ- নুংশীৎ শীৎপদগী ঈথক হৌরকই । ঈথক হৌবকপা য়েংবা নুংঙাই, অসিনচিংবা ।

ঈথক কাবা - ঈথক মথং মথং লাকপদা, খুদমঃ- ঈথক কারক্লুনা লৈরায় থুমলে । অয়ুক খুদিংগী লৈরায়দা ঈথক কারকই, অসিনচিংবা ।

## লমল শিংবা, লমল খুম্বা

লমল শিংবা - তৌবীমল উৎপদা, খুদম ঃ- হন্দক্কী তেংবাংসিনা লমল শিংবা শক্লরসি । লমল তোনলবদি অঙম্বা খরদং শিংবা ফৈ, অসিনচিংবা ।

লমল খুম্বা - চৈবাক পীবদা, খুদম ঃ- মী হাৎপগী মাবুসু হাৎুনা লমল খুমলে, অসিনচিংবা ।

## নোং চুবা, নোং তাবা

নোং চুবা - থোইদোকপা বাহৈ ওইবদা, খুদম ঃ- মদু চহীগী নোং চুবগী চাংনি । নোংজু থাগী মতম ওইরকলে, অসিনচিংবা ।

নোং তাবা - ইচম-চম্না ফোঙদোকপদা, খুদমঃ- হন্দক্তি নোং য়াম্না তাই । নোং তারকত্রিঙৈদা চৎহৌবনা ফবে, অসিনচিংবা ।

# ফাইলুব্রা

## লাপ্‌পা, থাপ্‌পা ১ সুং তামবা

লাপ্‌পা- চম্না ফোঙদোকপদা, খুদম ঃ- লম অদু ইম্ফালদগী য়াম্না লাপ্না লৈ। লাপ্না চৎলি, অসিনচিংবা।

## থাপ্‌ পা

(১) থাদোকপা, খেন্নবনচিংবদা, খুদমঃ- মফম-মরাং খঙদ্রবা, ফুম্বংনরবা ব্রাখন্দু নীঙ্‌শীঙ্‌লুরনু, থাপ্না থমখ্রো। ঙাঙ্‌থোকলকপগা তৌথোকরপগা খন্‌লুবদা য়ামনা থাপনৈ, অসিনচিংবা।

(২) লাপললবসু তরু-তরুনা উবা, শীঙথানবা য়াবদা, খুদম ঃ থাপনা উরিবা চীঙয়া অসি যাম্না ফজে। থা-থব্রানমিচাকশিং অসি য়াম্না থাপনা লৈ, অসিনচিংবা।

(৩) খঙনীঙঙাই ওইবা মরুওইবা মতাঙদা, খুদম ঃ-অথেঙবা অহিংদা থাপনা মীকপ-মীরাওখোন অমা তাই। মফম অদু কয়াম থাপ্না লৈবগে, অসিনচিংবা।

## তামবা

(১) মশক নিংথিনা উরক্লবা মতাঙদা, খুদম ঃ- য়াম্না তাম্ন মুৎলি মুৎলি উরিবা অসি য়েংউ। চেবোন অদু অসুম পাইখিদুনা তামনা উরক্লে, অসিনচিংবা।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

(২) ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা ওইবদা, খুদম ঃ চেক্লা অদু লমদম তাম্ন পাইখ্রে । চীঙনুঙদগী তাম্ন তাম্ন খোংলকপা চেক্লানি ; অসিনচিংবা ।

(৩) অনাবা ফরকপা ১সুং মিহুন হন্থরকপদা, খুদম ঃ- লাইহৌ তৌদ্রে, শাগৎপসু খরা তামলে । মিহুন য়েংবদা হান্নদগী খরা তামলে, অসিনচিংবা ।

## শিনবা, (ওনবা-ওলবা) অমসুং হোংবা

## শিনবা

(১) ফত্তবা পীবগা অফবা লৌবদা, খুদম ঃ- পীতাই-খোমতাইবী! নঙগী যা অফবগা, ঐগী ফত্তবগা শিন্নসি । মসি ফত্রে, অমতা শিনবীয়ু, অসিনচিংবা ।

(২) ফত্তবা লৌথোক্লগা অফবনা ওইবদা, খুদম ঃ- য়ুম্বী অহনবা অমা শিনলে । মীগী ফি শেগাযবদগী অহনবা অমা শিনলগা পাখ্রে । অসিনচিংবা ।

(৩) মীগী মহুৎ মীনা ওইবদা, খুদম ঃ শো অদু মাঙোন্দা শিন্নবে । মপাগী মহুৎ মানা শিনবা ঙমলে, অসিনচিংবা ।

(৪) মান্নবা অমা শেম্বদা, খুদম ঃ- অঙ্ক অদু লাইরিকতগী শিনলকউ । পুয়া শিন্দোকলে, অসিনচিংবা ।

# ফাহলুব্রা

(৫) মতম নাইনা ১সুং মতাং চানা হন্না হন্না ওইবা নত্রগা তৌবদা, খুদম ঃ- নুমীৎ খুদিংগী অমম-অঙান শিন্নে । অরিবা উনা কেনখ্রগা, অনৌবা উনা শিনলি । শাদি কুম খুদিংগী মতু শিনলি । মখুৎ অনিনা শিন্ন-শিন্নদুনা পাঙদেম হুললি, অসিনচিংবা ।

## ওনবা

(১) অবানবা থবক্তা, খুদম ঃ- খোঙউপ অদু ওন্নখ্রে । মহাক্না ওন্ন-তৈনবা থবক ঙাক্তা তৌই, অসিনচিংবা ।

(২) মাযকৈ তাকপা ১সুং শেমদোক-শেমজিন্দা, খুদম ঃ- মখা ওন্না তূম্বা যাই । ব্রাহৈ অদু খবা ওন্থোক-ওনশিন তৌবগা য়াগনি, অসিনচিংবা ।

(৩) চৎনবা যাবা মান্নদবশিংদা, খুদমঃ পযা অতেনবগা অশাংবগা ওন্নসি । যেলগা ঙানুগা ওন্নসি, অসিনচিংবা ।

(৪) অমতনা হঞ্জিন হঞ্জিন তৌবা ১সুং ওইবদা, খুদম ঃ অঙাংশিংনা কাংখোঙ ওন্দুনা শান্নে । ওনলকপা চহীদা মহাক লাক্কনি, অসিনচিংবা ।

(৫) অপিকপদগী অচৌবা ওইবকপদা, খুদমঃ- খুন অদু খুঞ্জও ওনলে । মৈবীক্তগী মৈজাওবী ওনলি, অসিনচিংবা ।

(৬) হান্না ওইবন্বা অদুমক্না অতোপ্পা অমা ওইবকপদা, খুদম ঃ-

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

য়েরুমদগী য়েলনাও ওললি । লৈচিন্দগী নোং ওললি । য়োং শৌদোক্লগা মহী ওললি, অসিনচিংবা ।

(৭) অঙকপা, নাতৈ চাদবা, কা হেনবা ১ সুং থোইদোক-হেন্দোকপনচিংবদা, খুদম ঃ- মদু অমুক্তা উদ্রিবা ওস্থোকপা মতৌনি । মানা ওস্থোক-ওস্থোকপা থবক ঙাক্তা তৌই । ওস্থোক্লা নুংঙাইরবা মতৌনি, অসিনচিংবা ।

(৮) অরূম্বা অমসুং অশাংবা শীজীন্নবদা, খুদম ঃ- খন্দা ওন্দুনা য়েংউ । মদু ওনবদা য়াম্না শাংই, অসিনচিংবা ।

(৯) অবাবা ১সুং নুংঙাইবা মতৌদা, খুদম ঃ-মহাক্লা ওস্থোইনা কপপা অমসুং নোকপা য়েংই । ঈশিংদা ঙা ওনবা য়েংবা নুংঙাই, অসিনচিংবা ।

(১০) পুক্লিঙ চঙবা অমসুং বাখন্ কয়ামকম খনবদা, খুদম ঃ- লাইবিক্তা মায় ওনশিনলগা হৈগদবনি । মপুক্লীঙদা য়াম্না চিংনবদগী ৱাখন মওন মওন খনলক্লে, অসিনচিংবা ।

## হোংবা

'হোংবা' হায়বসি হান্নগী নত্তবা, অতোপপা অমা ওইবদা শীজীন্নে, মদুদি ঃ- খুন হোংবা, ফি হোংবা, লৈফম হোংবা, মিং হোংবা, লমচৎ হোংবা, অসিনচিংবা ।

শিনবা, ওনবা ১সুং হোংবা হায়বা ৱাহৈ অহুম অসিগী

# ফাইলুরা

শীজীন্নফম অসি ইমান-মান্নবগুম তৌনা চমমনবা রাখন অমা ওইহনলি। মরম অসিনা রাহৈ অহুম অসিগী শীজীন্নফম খেন্নবা অদু মখাদা উৎলি ঃ-

## মিং

| | | |
|---|---|---|
| মিং অদু শিনলকউ | - | মান্ননা ইবা |
| ইরিবা মিংদু ওস্থোকউ | - | শেমদোকপা |
| মিং হোংলে | - | অতোপ্পা মিং ওইবা |

## ফমফম

| | | |
|---|---|---|
| ফমফম শিনলে | - | অফবা ফমফম ওইবা |
| ফমফম ওন্নরে | - | অরানবা নত্রগা ওস্থোক্লবা |
| ফমফম হোংলে | - | অতোপ্পা মফম ওইবা |

## মচু

| | | |
|---|---|---|
| মচু অমনবদু শিনলে | - | হান্নগীদা অহনবা ওইবা |
| ঈশিং মচু ওন্লে | - | মহৌশা নত্রগা খুৎশেম |
| মচু অমা হোংলে | - | হান্নগী নত্তবা |

মথক্তগী খরসু উৎখ্রে। চমম্লবা কযাবু অবায়বা মওঙ্দা খঙনবগীদমক্তা খুদমগা লোয়ননা মখাদা উৎলি ঃ-

| ওনবা, ওলবা | হোংবা |
|---|---|
| খুন অদু খুঞ্জাও ওনলে। | খুন হোংখিদুনা হাঙ্লে। |
| চাওরক্লবনিনা লমচৎসু ওনলে। | খুদোংথীবদগী লমচৎসু হোংলে। |

## কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

| | |
|---|---|
| লম্বোইবদি ফিজেৎ ওনলি । | লাইগী ফিজেৎ হোংলে । |
| ✱ মহাক জাৎ ওললে । | ফৌ জাৎ অমা হোংদুনা থাই । |
| মখোন ওনলে, হঙোই মাল্লে । | মখোন অমা হোংবগুম তৌই । |
| য়োৎনা মহী ওনবা য়াই । | হীদাকফু মহী হোংলে । |
| ✚ শিলফম অমা ওনবা ঙমলে । | মহাক শিলফম হোংলে । |

### মশক্, মওঙ্, মতৌ অমসুং ফীভম ।

মশক্ - মায়থোঙ্ ওইবা শরূক্তা, খুদম ঃ- মশক্ উরগা খঙগনি । মশক নীঙথীনা খঙদবা পানবী কয়া চীঙ্দা হৌই, অসিনচিংবা ।

মওঙ্ - মশা ওইববু (শাওই) খঙ্নবদা, খুদম ঃ- উপু অদু মওঙ ফজে । উগা ৱাগা মওঙ্ মান্নদে । মদু লৈরোংগী মওঙ মানবা লৈতেংগী পোৎনি, অসিনচিংবা ।

মতৌ- তৌথোরকপদা, খুদমঃ- মাগী মতৌ তমগনু । হৈরাং-লৈরাংশিংগী নিংথিবা মতৌনি । মাগী মতৌদু য়েংবদা হৈনদে, অসিনচিংবা ।

✚ *ওনবা হায়বদি ওইননবা হোৎনবা হায়বনি ।*

✱ *'জাৎ ওনবা' হায়বসি কনাগুম্বনা ইচম-চম্না খনবা য়াই ।মসি মূলনা খনলুরগা মীনোক চঙবা, য়াম্না ইকাইনিংঙাই ওইবা থবকনি । মরম অদুনা মসিবু, মহৌশাগী নত্রগা মীওইবগী অরুবা খুৎশেমগুম্না, য়াম্না লুবা হীরম* অমা ওইনা লৌনৈ । মরম অদুনা 'জাৎ ওনবা' হায়না চৎনরি । (ওলপ্যা)

# ফাইলুব্রা

ফীভম - মশক, মওঙ ১সুং মতৌগী হৌনশা ওইবদা, খুদম ঃ- নোং-
চীঙগী ফীভম, ঈচাওগী ফীভম, মীগী ফীভম, অশোন-অনাগী
ফীভম, অসিনচিংবা।

মথক্তা উৎখ্রিবা অসিদা নত্তনা ফাইলুব্রা কায়মরুম লৈ,
মদুদি ঃ- কক্পা- য়ানবা, কায়নবা - খাইনবা, কৎপা-লাৎপা, খীকপা-
চাইবা, লৈকায়-খুন,লোইবা-যোকপা, তাইবা-য়োনবা, ব্রানবা -
লৈবা,হকপা-লূমবা, হুলবা-লংবা, পোকপা-কোকপা,য়েংবা -উবা,
তোৎপা - থীৎপা, থাকপা - পীজবা, ফোৎপা-তাইবা, লামবা -
খৌবাংবা, কলকপা-মিহৌবা, পেকপা - কোৎপা, তিনশিনবা
পুশিনবা, হীকপা-কোম্বা, ইৎপা-হিবা, হোৎপা-খোৎপা, ইংথম্বা-
ইংবা, য়েকপা-ইবা, শূবা - নোম্বা, তাকপীবা-তম্বীবা, খিনবা - যুংবা,
হৈবা - শিংবা, ওৎপা-নৈবা, তূমা-পূমা, খায়বা - খাইবা, শাইওল
লাংওল, ফৌবা - য়াইবা, থৌওইদবা - উশীত্তবা, নংবা-লাযববা,
উয়বা-কলবা, তৎপা-থৎপা, লমখৈ-ঙমখৈ, তপপা - মাবা, মহৌশা-
হৌনশা, থবক লেপপা - থবক তোকপা নোংমৈ থাবা - নোংমৈ কাপপা,
মতম লেপ্পা - মতম থাবা, মচিং হৌবা - মচিং কাঙবা, মৈ তীকপা-মৈ
য়াইবা,ফাজিনবা - পুনশিনবা-লাকশিনবা, পূবা-ব্রায়বা-শোৎপা,
মৎপা-মুনবা-কোংবা, ফুরুপ-কাঙলুপ-মরুপ, অসিনচিংবা।

মখাদা পীরিবশিং অসি ইচম-চম্না শীজীন্নবা অমা, লৈতেং,
লৈসি-লৈথোন্নচিংবা লেমজনিংঙাই ওইবা লোল্ অমা, মখন অনি
থোক্লা শীজীন্নৈ, মদুদি ঃ-

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

| অচম্বা লোল্ | অরেম্বা লোল্ | অচম্বা লোল্ | অরেম্বা লোল্ |
|---|---|---|---|
| পুক্নীঙ | - পাইমা, উনবী, খোইবুং, খোয়জি | নুমীৎ | - নোংজা |
| | | থা | - লোইদাম, থাজ |
| নুংশীৎ | - মালংবা, নামিবা, হুমলেল, খমগোন | য়ুম | - শঙ্গায়, য়ুমলেল |
| | | হৈ | - তাওজিং, হৈরাং |
| মনাই | - মদাইরেল, মঙ্গাইরোই, অনংফিহাইরোই | উচেক | - পোনবী, চেক্লা |
| | | উ | - পামেন |
| | | ঈশিং | - লাইজ, তমলেল |
| লম | - পোইরৈ, লমদম, মদাইমা | কোক | - লালু |
| | | কৎপা | - কুজবা |
| হি | - ৱাকৈ, ভুংজেং, তিংগা | শিবা | - নোংমনবা |
| | | শনা | - চোয়নৌ |
| লাই | - চীঙভু, খোইয়ুম | শা | - য়ারৌ |
| লৈ | - লৈরাং, শীঙেল | শগোন | - য়াঙগোয় |
| লম্বী | - খারী, য়াঙ্দৌ | শামু | - লালগোয় |
| তৃ (মতৃ) | - তালোয়, লুমলেল | শল | - কাও, মুকমু |
| মচানুপী | - মমোম, লাংলেল | শেল | - তাংখ |
| মৈ | - খাম্বী, খেলৈ | লাল | - হুয়েন |
| মরা | - মানজ, মপুবোইবা | ঙা | - লেমলৈ |
| নুপী | - নুজা, নূরা | ঙাইবা | - ঙাইখম্বা |
| নিংঙোল | - চনু, চনুবা | থৱায | - যাইবী |
| চীঙ্ | - লোইবী, শেলোই | থকপা | ফানবা |
| থৌনাফবা | - থিয়াথৌ, পাথৌ | খোঞ্জেল | - যাৱা |
| চেমবা | - পুবা, ওইবা, লৈবা | খুরুম্বা | - পুনেম্বা |

# ফাইলুৱা

| অচম্বা লোল্ | | অরেম্বা লোল্ | অচম্বা লোল্ | | অরেম্বা লোল্ |
|---|---|---|---|---|---|
| থৱাযমি | - | ঈমিরেল | মচানুপা | - | পান্নি |
| থোঙ্গল | - | খরায | ঈশূ | - | ঈনোংয়ায |
| ৱাশক | - | শৰী | মীতোপ | - | উনজা |
| য়েনবা | - | চায়নবা | মী | - | নম্ম |
| য়ু, কালৈ | - | ৱাংলৈ | মোমোল | - | খোয়রুম |
| য়াহৌবা | - | য়াকাইবা | মাযকৈ | - | হাওরৈ, হাবম |
| উপু | - | শাবং | পাও | - | চীলগোয় |
| ইপবা | - | ইদু | পুঙ | - | ৱাংলেল |
| ইংখোল | - | চাইগোয্ | পি | - | পিবাং |
| ঈচে | - | ঈচেম | নুংঙাইবা | - | য়াইফবা |
| ঈপা | - | পন্থৌ | নৃঙ | - | থৌদু |
| ঈমা | - | পলেম | নাপী | - | তিংগোয় |
| ইকাইবা | - | হঙ্গৈইবা, শেঙ্গৈইবা | নৌ | - | নৌরেল |
| লোইবা | - | খম্বা | না | | নাপ |
| লিল | - | তাঙজ, লিলাথি | নুপা | - | তম্বা |
| লাইবক | - | খেলাই | ইবুংঙো | - | তয়ুম |
| লৈতেংবা | - | হেনমোইবা | নাযতোম | | তোমথিন্ |
| লাইবক ফবা | - | লাইকু | নাবা | - | ঈবা |
| মীৎ | - | মীৎস্না | চৎপা | - | লেঙবা, খোঙদোইবা |
| মতম | - | তাংলৌ | চানবীবা | - | কুবীবা |
| তিল | - | তিললাং | চাং | - | খেল |
| খুইবা | - | কমবা | তা | - | তিমেন, তাশোল |
| মপোক | - | লাংওন | চহী | - | কুম, কুমজা, লাংহৈ |

## কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

| *অচম্বা লোল্* | | *অবেম্বা লোল্* | *অচম্বা লোল্* | | *অবেম্বা লোল্* |
|---|---|---|---|---|---|
| খোঙ্গুন | - | মাব | অইবা | - | ইবাকমা |
| ঈতা | - | খোযনৌ | অকংবা | - | তোঙ্গং |
| ঈযুম | | ইবানযায | অবোইবা | - | পোলোই |
| ফি | | চবৈ | অঙাং | - | নওবা |
| ফক | - | চবাই | কৈ | - | পামবা, অসিনচিংবা । |

ফাইলুবা হাযবসি যামনা ফজবা, লুবা, মখন-মথেল নাইবা অমসুং লেমজনিংঙাই ওইবা বাহৈনি । মসিবু মবাং কাযনা চৎনবিবা অসিনা, লোল অসি চাওখৎলি হাযবা মযেক শেংনা খঙহনলি ।

# তূমা চৎপা অরানবা ব্রাহৈ

কংলৈলোল্ অসি ব্রাহৈ অরি-অনৌ তিন্নবা, ব্রাহৈ অনি নত্রগা অহুম ফাংদুনা শীজীন্নবা, ব্রাহৈগী লৈতেংদা চৎনরিবা অদুগী মতৌ তমলুবা, মীগী ব্রাহৈসু তূমা শেম্বদা য়ানশিনবা, অসিনচিংবা মরম কয়ামরুম অসি কনানসু থিরুবা লৈতনা অসুম চৎনরি । পুয়াশিং অসিদসু ব্রাহৈ অচুম-অরান থিফম খঙদ্রে । চুমলে হায়না খঙনরিবা পুয়াশিং অসিদসু, মরম চুমদবা ব্রাহৈ তূমা শেম্বা অসি অদুম য়াওই । মতম কুইনা মীরোল কয়া চৎনরক্লবনিনা অরানবা কয়া অসি চুমথোকপা ঙম্লদ্রিবনি । পুয়াদসু য়াওই হায়দুনা, অচুম্বা অমা ওইনা চৎনবা হায়বসি মশানা তারবা ব্রাফম অমা ওই ।

●

মৈতৈলোল্ অসিদা চৎনরিবা মরমশিং অসি কুপনা য়েংবদা অরানবা কয়া থেংনদবা নত্তে । মরম অসিনা ব্রাহৈ অরি-অনৌ খায়বদগী হৌনা য়েংসি ঃ- পলেম, পম্পৌ, পারি, নাওব্রা, অসিনচিংবা অসি হৌজিক্কী মতমদা, অরিবা লোল্ নত্রগা অরেম্বা লোল্ ওইনা, লৈসি - লৈথোন্নচিংবদা চৎনরি ।অনিশুবদা ঈমা, ঈপা, ঈচা, অঙাং, অসিনচিংবা অসিনা অচম্বা ওইনা চৎনবা লোল্ ওইরি । অসুম্না ব্রাহৈ অনি থোকপগী মতুঙইন্না, লোল্ অনি থোক্লা অদুম লৈরে । মসিদা মরাং কায়মন্দুনা শীজীন্নবা হৈতবদগী, ব্রাহৈ তূমা শেমদুনা, য়ামনা মরিংমরাংবা মওঙদা, মতম কুইনা চৎনরকলে । মসিগী মরমদা হংলুরবসু, অপঙবা, মশাগী

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

লোল মুলনা খঙদবা ওইনা লৌই । হংলুরিবা মীনা অপঙ্‌বা, অঙাওবা তাদুনা তোকই । ওস্থোকপনি ! মতমগী ঈচেল কল্লিদা ! অদুবু, মসিদা মরম অহুম থোক্লা চৎনরিবা অসি থিদবা য়াদে । অহানবদা, অরিবা ব্রাহৈনা মাঙ্ থাদুনা তূমা শেম্বা, অনিশুবদা, অনৌবা ব্রাহৈনা মাঙ থাদুনা তূমা শেম্বা অমসুং অহুমশুবদা, ব্রাহৈ অহুম পাদুনা শেম্বা অসিনি । খুদম ঃ-

(১) শেম্বাংনা নোংদেন-অতিয়াদা পাইরি ।

পামবা - কৈগী শক্তমনি । তাঙ্‌জ-মায়থোঙ লুক্‌খ্রে ।

খুদমশিং অসিদা নোংদোন, পামবা অমসুং তাঙ্‌জ হায়বা অরিবা ব্রাহৈশিং অসিনা হৌদুনা তূমা শেমই ।

(২) নুংঙাই-য়াইফনা পানলে । লোইবা-খম্বা লৈতে ।

মপোক-লাংওল যামখবে । ময়ুম - মরানয়ায়দা চৎখ্রে ।

খুদমশিং অসিদা নুংঙাইবা, লোইবা, মপোক ১সুং ময়ুম হায়বা ব্রাহৈশিং অসিনা হৌদুনা তূমা শেমই ।

(৩) মথক্তা উৎখ্রিবশিং অসিদা নত্তনা, ব্রাহৈ অহুম পাদুনা চৎনবা কয়াসু লৈ, মদুদি ঃ মবমনা-লমলেল-মদাইমা, মলয়া-নুংশীৎ-নামিবা, শেলোই-লোইবী-চীঙ্, শীঙেল-লৈরাংগী-লৈকা, চীঙ্গু-খোইয়ুম-লাই, অসিনচিংবা ।

ফ-ন-দুম ফজৈ, ঐসু মতৌ মতমদুনা অমুক হাপচিনগে, ফজব্রা য়েংসি ঃ- মালংবা নামিবা-মলযা-নুশীৎনা লিরি খোঙচৎ-খোঙদোয়দা

# তূমা চৎপা অরানবা ব্রাহৈ

হুমলি । পোলবী-চেকলা-উচেকশিংনা, তলা-পামেন-উদা কায়দোংদুনা তোংলি । ইনিংথৌদি গঙ্গা চঙবা চৎকনি হায়দুনা চাইথম্নান তৌরি । ফৈজাওগী মঙাশুবা পঞ্চম সুবদা, থোকচাওগী তকক শুবা শোকা শুবনা শুগাযবে ।

অসুম্না, ব্রাহৈ ময়াম ফংবা অসিসু চৎনফম থোকই । মসি চৎনথ্রিবা মরম করিগীনো ? খরনা চৎনবগা, খরা অমনা চৎনদবা অসি, করি মরম লৈবগে ? তূমা শেম্বা অমসুং ব্রাহৈ অহুম ফাংবা অসিনা অচুম্বা ওইবা তাববদি, অতৈসু চৎনফম থোকই । অদুবু, হায়বিবা ব্রাহৈশিং অসি কনানসু চৎনবীদে, মদুদি মখাদা পীরিবা তূমা শেমবা ব্রাহৈশিং অসিনি ঃ

সনা হকচাং ঈদুনা নারে । লাইজ খুজোক অমতংদি ফানবী-থকপীয়ু । মীওইবনা লালু-কোক্তা লৈতেংই । লুক্ হারিঙৈদা পুনেম-খুরুম্বা যাদে । লৈ অদু নাপ-নাদ থেৎপীয়ু । ঙাদু তোংগং-অকংবনি । ইবুংঙোনা কুবী-চানবীয়ু ।খেলৈ-মৈ লৈতে । থায়না-খমলাংগী ব্রানি । য়াহৌ-যাকাইবা মতম ওইবে । মদু নুজা-নুপীগী থবকনি । য়ৈন-চাযনবা ফত্তে । মহাক ইকোন-পুখ্রিদা লৈ । শল-কাওনা ব্রাইরে ।মদু মোল-তপতাইনি । মখোযদু নূরা-নুপী ঙাকতনি ।নিংথৌগী য়াথং-থোযযানি । চোযনৌ-সনাদি হেনমোই-লৈতেংদা চৎনৈ, অসিনচিংবা ।

মথক্তা উৎখ্রিবশিং অসি চৎনদবা ঙাক্তনি । মসিবু কবম্বা মরম লৈদুনা অচৎ চৎতা খাযরিবনো ? অচুম্বা কাঙলোন য়াওদনা, ফজবা ব্রাহৈ-ব্রাতা থিদুনা তুমা শেম্বা ? চৎনরিবা অসিগী অচুম্বা মরম লৈত্রবদি, অবানবা বানি হাযনা লৌফম থোকই ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

মৈতৈলোল্ অসি কনাগুম্বনা হুনলান্দুনা হায়বদি য়াই, অদুবু, ঐনা খরদং থিজবগী মতুঙ ইন্নদি, লোল্ অসি অরায়বনি হায়বা ঙমদে। লোল্ অমা ওইবগী মরুওইবা, লৈফম থোকপা মচাকশিং অদু, মসিদসু শুনা লৈ। অসুম্না থাক ব্রাংনা, মরম চুম্না লৈজবা লোল্ অসিদা, ব্রারম চুমদবা তৃমা শীজীন্নবা অসিনা, য়াম্না শাথিরবা, অরানবা অমা ওইরব্রা হায়না খনলে। মসি চৎনবক্লিবা অসি, পুয়া মৈ থাখিবদগী, লোলগী চৎনগদবা অরুবা মচাকশিং অদু মাঙখিবদগী, ওইরকপনি হায়না খনলি। ব্রাহৈ তৃমা চৎপগী মবমদি, মখাদা পীরিবশিং অসি ওইফম থোকপ্রা হায়না খনলি। মদুদি ঃ- (১) লোল অসিগী মনুঙদা অনি থোকপা, (২) ব্রাহৈগী লৈতেং চৎনবগী মতৌ তম্বা, (৩) অবি-অনৌ তাইনদুনা তৃমা শেন্নগা, ব্রাহন্দোক খঙনবা হোৎনবা, (৪) পুয়া ইবা মীনসু খঙননবা হায়দুনা ফজবা ব্রাহৈ থিদুনা তৃমা ইশিনবা, অসিনচিংবা অসিনি।

মৈতৈলোলদা ব্রাহৈ তৃমা ওইবা চৎনবী লৈ। হাযবিবা ব্রাহৈশিং অসি মনুঙদা ব্রাহন্দোক লৈবা চৎনবী ঙাক্তনি। খুদম ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| চৎনি-চৎনিং | - | চৎকদৌববা মতৌ ওইবা |
| লৈবোই-লৈফাই | = | খোন্থোক শেংদবা |
| লৌথুপ-লৌকোইবা | | পুকচেল শেংদবা, অসিনচিংবা। |

মতৌ অসুম্না, অনি অনি, চৎনা চৎনা, অফ-অফবা, অচৌ-অচৌবা, লমকেৎ-লমহাইবা, তীনখেৎ-লাইখেৎপা, চিলনাই-খোন্নাইবা, অসিনচিংবা চৎনবীশিং অসিগী ব্রাহন্দোক্তি, মপালদগী মনুঙ য়ৌনা উবা ফংবা পোৎকুম্বনি।অদুগা ব্রাহৈগী লৈতেং চৎনবিবা অসিসু

# তূমা চৎপা অরানবা ব্রাহৈ

অচুম্বা ঙাক্তনি । হায়রিবা ব্রাহৈশিং অসিগী মতৌগুম্মা, ব্রাহৈ তূমা শেমদুনা চৎনরবিা - লোইবী-চীঙ, শীঙেল-লৈরাং, থৌদু-নুঙ, অসিনচিংবা ব্রাহৈশিং অসিগী ব্রাহন্দোক অমসুং অনি চৎনবগী মরম করিনো ? মসিগী ব্রাহন্দোক অমসুং অনি চৎনবগী মরম লৈত্রবদি, অরানবনি হায়না লৌবা তাই । অদুগা খরনা চৎনরগা, খরা অমনা চৎনবসু য়াদে ।

মথক্তসু পনখ্রে, ব্রাহৈ তূমা শীজীন্নবা অসি মরুওইনা লোল অনি থোকপা অমসুং ব্রাহৈগী লৈতেংগা য়াম্না চূ-নবা মওঙ ওইবা অসিনি । ব্রাহৈগী লৈতেংদা লোক-তায়, চীঙ্-মান, শীঙ ঙেন, অসিনচিংবা মতৌ তম্বা নুংঙাইরবা ব্রাহৈশিং অসিগী মতৌ তমদুনা, লোইবী-চীঙ, থৌদু-নুঙ, শীঙেল-লৈবাং অসিনচিংবা অঙকপা ফংনা শীজীন্নরি । মসিনা খঙদবা মীদদি অচুম্বা ওইববোই নিংলে । মসিগী ব্রারম অসি ময়েক শেংনা খঙনবগীদমক্তা, বাহৈ পরেং শেমদুনা যেংলগা, করম্বনা চুম্বা অমসুং করম্বনা লানবা হাযবদু খঙফম থোকই ।

| *অচুম্বা* | *অরানবা* |
|---|---|
| হুয়েন পোবৈ য়েংউ । | হুয়েন-লালগী ইরাং-পোরৈ য়েংউ । |
| পারি মাগী য়াবানি । | পারি-ইচাগী য়াব্রা-খোঞ্জেলনি । |
| পলেম শক্লা নাওকোনজৈ । | পলেম-মমা শক্লা নাওকোনজৈ । |
| পাইমা নুংদা খোয়দাবে । | পাইমা-পুক্নীঙদা খোয়দাবে । |
| য়াঙগোয় থক্তা লেঙঙকলে | য়াঙগোয়-শগোন থক্তা লেঙঙকলে । |

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

লমলেল কদাংবনগী শিনৌনি । লমলেল কদাংবনগী শিনৌ-লশিংনি ।
তিংগোই থক্তা য়াতারে । তিংগোই-নাপীথক্তা য়াতারে ।
পোইরৈ খোইরেন্তাক্তা পামবা খোইরেন্তাক্কী পোইরৈ লমদমদা
লৈরে । পাম্বা কৈ লৈরে, অসিনচিংবা ।

মথক্কী খুদমশিং অসিনা, তূমা শেম্বা অসি, অচুম্বা ওইফম থোক্তে হায়বা ময়েক শেংনা খঙহনলি । মরম অসিনা অরিবা ব্রাহৈশিং অসি তূমা চত্তবা মরমদা শীজীন্নবা চুমগনি । ব্রাহৈ অরি-অনৌ তিন্নবদা নাতৈ চাদবা অমসুং চৎনদবা কয়াসু মথক্তা পনখ্রে । মরম অসিনা ঐখোয়না থায়নগী অরিবা লোল্ অসি, ব্রাহন্দোক খঙলবসু, শীজীন্নবা হৈত্রবদি চৎনবা য়াদে । মপুঙ ফানা খঙদ্রবদি, শীজীন্নবদা য়ামনা হৈনদবা অমসুং মরিংমরাংবা থোক্কনি ।

তূমা চৎপগী মরম অসি তাং ২০-১২-২০০৩ দা পোক্লফমগী পাওজেন চেদা ফোঙখ্রে ।

# নুংঙাইত্রবা চৎনলোল্

মীওইবগী লোল, হাযবসি, ঙাঙথোকলকপদা খোন্থোক ফজদ্রবা, তাফম খঙদ্রবা, অদু ওইববদি, মদু মশাগী লোল নত্তবা মীশিংনা কবিশু থৌওইবীবোই । মবম অসিনা ব্রাহৈ-বাতাগী খোন্থোক ফজবা হাযবসি খ্বাইদগী থোইদোক-হেনদোকপনি । ব্রা ঙাঙবদা খোন্থোক শেংবা অমসুং নুংশিবা হাযবসি যামনা মক ওই । অদুগা লোল খুদিংমক অবান-অহুই কযা লৈতবা নত্তে । অদুম ওইনমক, লানলে হাযবা খঙনা খঙনা অসুম চৎনবক্লবদি, মদু থিংনবা হোৎনবা তাই । মসি নত্রবদি, অবানবা কযানা মপুঙ ফাবক্তুনা, লোল অদু মাঙনবগী মশক ওইবক্কনি । হৌজীক ফাওবগী মনুঙদা, মৈতৈলোল অসিদা চৎনবিবা , মখল কয়ামরুমগী অবানবশিং অসি, অবাৎ-অপা নাইদনা লৈবকলে । অনৌবা চৎনবকপগা লোয়ননা, মশীঙ্ অসুম যামখৎলক্তুনা, মতম কুইবক্লগা, মফম-মবাং খঙদ্রবা লোলগুম, লাইবোল তীনলোলগুম অমসুং শিংজু মযানগুম ওইবক্লোই হাযনিংঙাই লৈতে । লোলচৎ লানবা, খোন্থোক লানবা, খবপুন লানবা, অসিনচিংবা মখল কায়মরুমগী অবানবশিং অসিনা অসুম অসুম হেঞ্জিনলক্লে । অসিগুম্বা অবানবা কযা অসি খুদমগীদমক্তা মখাদা মথং মথং উৎলি ঃ-

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

## ফম্বাল তোংবা

ব্রাহৈ অসি তাবদা য়ামনা মরিংমরাংবা ওই । ফম্বলদবু শগোন, দোলাইগুম্না তোংব্রা ? অদু নত্রগা চীঙদা তোংবগুমনা ফম্বালদসু তোংব্রা হায়নিংই । মরম অমা ইচা-চাদনা শীজীন্নরমলিবা অসিবু, ব্রাহন্দোক্লী মতুঙ ইন্ন চৎনব্রা নত্তগা শেরান্ননা পকচৎ-চৎনখিবদগী ওইরকপরা হায়বদু খঙনিংবা অমা ওই । অদুনা 'তোংবা' হায়বসিদা, অয়াংবা খোঙ্খোক ওইনা শীজীন্নবিবা মরমশিং ঃ-

(১) হাই-হুম্বা মওঙ ওইবদা - মীনা শগোন, দোলাই, হিনচিংবা অসি তোংবদা শীজীন্নে । মানা উথক্তা তোংলগা নোমদুনা শান্নে, অসিনচিংবা ।

(২) মহৌশাগী লেঙদনা লৈবা অব্রাংবা মফমদা - চীঙদা তোংবা মীনা অরাপ্পা উবা ফংই । ঈরোয়দুনা চৎলগা লৈপুঙ্ অমদা কাখক্লুনা তোংখ্রে, অসিনচিংবা ।

(৩) কাননবা মরম ওইবদা - ব্রারমদু ঙাঙনবদা মনা তোংজগদবা লৈ । হন্দমুক্তি মানা তোংজরে, অসিনচিংবা ।

(৪) ললোনবগী শেল ফংবদা - চাম্মদা তরা হেননা তোংদুনা য়োনখ্রে । শেল য়াম্না তোংই, অসিনচিংবা ।

(৫) মীচঙ্ চঙবদা   মাগী মীচঙদা তোংখ্রে, অসিনচিংবা ।

মথক্তা উৎখ্রিবা অসিগা লোয়ননা ফম্বাল তোংবদা ওইগদৌরিবা

# নুংঙাইত্রবা চৎনলোল্

ব্রাহন্দোক্তি - ফম্বাল ফংবা, ফম্বালগী মপু ওইবা অমসুং ফম্বাল ফম্বা অসিনি । মরম অসিনা ফম্বাল তোংবদা ওইগদবা ব্রাহন্দোক অদুগা, তোংবদা চৎনরিবা ব্রাহন্দোক্কী মরমশিং অদুগা, অনিসি য়েংলুবদা চানদে অমসুং 'ফম্বাল তোংবা' হায়বা য়াবা মরম লৈতে । অদুম ওইনমক, মান্নবা পান্দম খরদগী লৌদুনা চৎনবনি হায়না খনলসি । অদু ওইরবদি ফম্বাল তোংবা হায়বগুম্না, ফম তোংবা, ফমমেন তোংবা, চৌক্ তোংবা, ফলাংমৈ তোংবা, সিংহাসন তোংবা অসিনচিংবা কয়া অসিসু চৎনফম থোকই । মসি চৎনদ্রিবা মরম করিগীদমক্তনো ? মসিগী মরমদি, মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রারমশিং অসি লৈবদগী চৎনদবনি হায়না খনফম থোকই । ব্রাহে অসি ব্রারম অমতমক্ চৎনরগা, অতৈ মরমদদি চৎনদবা, অদুগুম্বা ব্রাহেসু ওইদে ।

## ফম্বাল কাবা

মসি ব্রাহন্দোক্কী মতুং ইন্না চৎনবা য়াই । অদুনা ফম কাবা, ফমমেন কাবা, সিংহাসন কাবা অসিনচিংবা ব্রাহন্দোক্কী মতুংইন্ হায়বা য়াই । ব্রাহেশিং অসি ঙাঙথোক্লকপদা নুংঙাইতবা লৈত্রে । 'কাবা' হায়বসিগী ব্রাহন্দোক্তা -ফংবা, মপু ওইবা, ফম্বা অসিনচিংবা চৎনরি । অদুগা ফম্বাল লাংবা অমসুং মেন লাংবা হায়বসি, থায়নদগী হৌনা, অরেম্বা লোল ওইনা চৎনরি । অদুগা ফম্বাল কাবা হায়বসিনা অচম্বা ব্রাহে ওইনা চৎনৈ ।

## খোমলেন তূমখুন্ তানবা

ব্রাহে অসি তূমখুন হুনবা হায়বদি তূম্ববু খঙনৈ । অরিবা লোল্ ওইনা, ফজবা লৈসি-লৈথোন্দা, মী খুদিংমক অদুম খঙনৈ, অদুম চৎনৈ ।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ব্রাহৈলোন ।

মসি অচুম-অরানগী মরমদদি কনাসু থিরুদনা অসুম চৎনরক্লি । ব্রাহৈ অসি খমলেলদগী খোমলেন ওস্থোকখিবদগী অশোয়বা ওইরকপনি । অদুনা 'খমলেল তূমখুন তানবা' হায়রবদি ব্রাহন্দোক্তা করিসু অকায়বা লৈত্রে । মসিগী ব্রাহন্দোক্তি - তূম্বা হায়বসি অশিবগা পাংখক ওই । শিবা হায়বসি মীওইবগী খ্বাইদগী অরোইবা ১সুং অথোইবা থবকনি । অদুনা অরোইবা পুন্নমক্তগী অথোইবা হায়বদি - খন্বা পুন্নমক্তগী লেল ওইবা 'খমলেল' হাযবা ব্রাহৈসি হাপ্তুনা 'খমলেল তূমখুন তানবা' হায়না চৎনবা অসিনা অচুম্বা ওই ।

## নোল্লুকপা

ব্রাহৈ অসি থৌগনলোল ওইনা শীজীন্নবদা যামনা ফজবা লোল ওইরি । অদুগা, মসিগী ব্রাহন্দোক অসি করি হায়গদবনো খনফম খঙদ্রে । মসিগী অচুম্বা ব্রাহন্দোক অসি অসুম খনলুবদা 'নোন্থবা-লুকথবা' হায়বসি নত্তনা, কবিসু হায়নিংঙাই লৈতে । ব্রাহৈ অসি থৌগনলোলদা য়ামনা ফজবা অমসুং তোয়না শীজীন্নবা, অদুগা ব্রাহন্দোক্তি তূমা চৎপগী তোপতোপ্পা ব্রাহন্দোকসু তূমা চৎপসিনা অসুম ওইবা তাই হায়না খনলি । মসি তূমা শেমদুনা চৎনরিবা - চাকলুক, পাইতুখাও, হিদিংগা (হি– তিংগা), নুংশাশ্বর (নিংশা = স্বর) অসিনচিংবা অসিগুম্বনি । মরম অসিনা মসিগীসু অওইবদা মুলনা থিরুরগা (নোনবা + লুকপা ) = নোল্লকপা, হায়বনি ।হৌজীক্কী মতমদা তূমা ওইবা ব্রাহৈশিং অসি, অসুক্কী মতীক খুৎলোয়বা মওংগুম্না লৈরে । মসি খঙনা খঙনা পাক হেক থাদোকপা ঙমদদুনা অসুম চৎনগদৌরি । মবম অসিনা ব্রাহৈশিং অসিগী মরমদা খনবীনবা, মযামগী পুক্নীঙ চিংশিললি । মতম অসি অসুম শাংথখ্রবদি শূমাঙ্দা হৌবা শেমবাং কাওথুমগুমনা মুৎলরোই নিংই ।

# নুংঙাইত্রবা চৎনলোল্

## মীরোনবী

ব্রাহৈ অসি মীদমক খঙনৈ শাদদি হায়বা য়াদবা ব্রাহৈ ওই। খোঙতেকপা অমসুং মীওাঙবা হায়রগা মীদা নত্তনা থব্রায় পানবা খুদিমমকপু খঙনবা য়াবা ব্রাহৈ ওই। মরম অসুমনা 'মীরোলবী' হায়রগা মী অমসুং শা অনিমক্তা চৎনবা য়াদবা ব্রাহৈ ওইবা অসি নুংঙাইতবা অমা ওই। মসিগী মহুত্তা 'পুক কংবা' অমসুং 'মশা ব্রাইশংদবা' হায়না চৎনরি। অসুম্না চৎনরবসু, মরাং কায়না অমসুং মখন নাইনা মখাগী অসুম্না চৎনবা য়াই, মদুদি ঃ- মীদা মীরোলবী হায়বগুম্না শাদসু 'শালোলবী' হায়না চৎনবদা কবিসু অকায়বা লৈতব্রা হায়না খনলি। মসি লৈরবসু চৎনদবগুম তৌই। শল, ইরোইনচিংবা শা মখল কয়ামরুম লোয়নরিবা মীশিংনসু 'শালোলবী' হায়না শীজীন্নবা অসি অমুক্তা তাবা ফংদে।

## লাইরেম্বা, লাইরেম্বী

ব্রাহৈ অসি হৌজীক্কী মতমদা, অচুম্বা ওইনা, য়ামনা তোযনা শীজীন্নরি। মসি থায়না চৎনরম্বা ব্রাহৈদি, লাইলেলপা ১সুং লাইলেলপী হায়নরম্মী। মসিগী ব্রাহৈ অসিদা য়াওরিবা 'লেল' হায়বসি অথোইবা হায়বনি। অদুবু, হৌজীক্কী মতমদদি লেন নত্রগা বেন হায়না চৎনরে। ব্রারম অসি থিরুরগা লাইরেলবা অমসুং লাইরেলবী হায়বা অসিনা অচুম্বা ওইফম থোকই। লাইরেম্বা অমসুং লাইবেম্বী হায়বদি ব্রাহন্দোক্তা অকায়বা ওই। 'লেম্বা' হায়বা ব্রাহৈ অসিনা শমথদুনা শেম্বনি হায়না লৌবা তাই। লেম্বা অমসুং লেল হায়বা ব্রাহৈ অনি অসিগী খেন্নবা ব্রাহন্দোক অদু শেংনা খঙবা তাই।

# কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

## খামেন্দা কৈরাক থাবা

অরানবা ৱাহৈ অসি অচুম্বা ওইনা অসুম চৎনরে । লোলচৎ অসি মী পুম্নমক তাদবা-খঙদবা লৈতে, অদুম ওইনমক মসিগী ৱারমদি খঙদবনা অয়াম্বা ওই । খামেন্দবু করমনা কৈরাক থাবা হায়রিবনো, করম্বা ৱারম ওইরিগবা হায়না অঙকপা ১ গা লায়ননা, হৎফম লৈতদুনা তোক্লবনা কোঙ্গায় ওই । ৱারম অসি লাই ওইপ্রবা অহল-লমনশিংনা, অরুবা ৱারম কয়াগা লোয়ননা, য়ামনা হক্‌চিন্না পুয়াদা ইদুনা থম্বীরম্বা অদু মরুওইবা খরদং মখাদা উৎলি ঃ- "য়ুমগী মথক্তা য়ুম খক শাফরদেয়ে, নামুংই লৈহৈদে । মীশি-মীনা ফত্তবা ওই, শিরবসু মীশি চাদনা শি । য়ুম মথোল্ শাববু 'অফাই য়ুম' কৌই । চীঙভু মথৌ-মঙম পাঙবদা খোয়দাদবা ওই । লাইনিংথৌ মপাল থোকই, য়ুম মনুঙদা লৈতেয়ে, মদুগী অফ-ফত্ত মরম য়ামই"।

য়ুম মথোল শারবদি কাখৎফম অমা লৈবা তাই । মসিগী কাখৎফম অসি খাঙেন্দা কৈরাক থাবা নত্রগা মফম চাবা য়েংদুনা কাখৎফম শেম্বা তাই । মসিবু শেরান্নবা ৱারমদা 'খামেন্দা কৈরাক থাবা' হায়না খঙনরিবা অসিনি ।

## ইকাই শঙ্গোয় হাঙবা

ৱারম অসি খনলুরগা ইকাইবা হায়বসিবু শঙ্গোয়মুক চাওনা লৈব্রা হায়নিংলকই । থায়নগী অরিবা ৱাহৈদা ইকাইববু 'শেংগোইবা' হায়না চৎনৈ । মরম অসিনা মসিদা ৱাহৈ তুমা শেমদুনা 'ইকাই-শেংগোইবা' হায়বদগী, শেংগোই হায়বসি শঙ্গোয়রোমদা ওইরক্লুনা 'ইকাই শঙ্গোয় হাঙবা' হায়না চৎনরে । ইকাইবা হায়বসি ফজবা অমসুং

# নুংঙাইত্রবা চৎনলোল্

অবেম্বা বাহৈদা হংগোইবা হায়নসু চৎনবি । মবম অসিনা অসিগুম্বা অবানবশিং অসি চুমথোকপদা যাম্না কাননগনি খনলি ।

## অহিং মীংশেল খাঙবা

বাহৈ অসিসু য়ামনা নাতৈ চাদনা চৎনবি । বাহৈশিং অসিগী বাবমদি অহিং তুমদনা খাঙবা হায়বনি । মীৎ উইশিন্দনা হায়বদি তুমদনা, মীৎ শিংনা লৈববু 'অহিং' মীৎশেং খাঙবা' হায়বনি. অবিবা চৎনবীদ 'ইনুং মীৎশেং খাঙবা'হায়নসু লৈ ।

## নাতৈ চাদবশিং ঃ-

মথক্তা উৎলিবশিং অসিগুম্বা নত্তবা, তাবদা নুংঙাইত্রবা, নাতৈ চাদ্রবা ৱাবম কয়া অমসুং চৎনবি । ঙাঙথোকলপনা অমা, তৌথোবকপনা অমা ওইবাথবকনি । খুদম ওইনা শল নাম্থোক্কুনা চৎপবু 'শল তৎপা' হায়নবি । অসুম্না, ফৌ তকপা হায়নদে, চেঙ তকপা হায়নৈ । লৈগদ্রা হায়নদে, লৌগদ্রা হায়নৈ । চৎলসি হায়নদ্রে, 'কাপ্লসি' হায়নবে । শিবে হায়দ্রে, 'তৎলে' হায়নবে । অসিগুম্বা ৱাহৈ-বাতা অসি যামনা মবাং কায়বক্লে । কছাববোমদসু ৱাগা পাওগা পুনশিন্নবগা 'ৱাপাও' হায়না থোন্দুনা, চৎননবা যাম্না কননা শন্দোবকলি, অসিনচিংবা ।

## লেমজদ্রবা ৱাঙাঙ্

মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসি নত্তবদা, অশমবা বাহৈ ওইবা, খোম্থোক চুমদবা, অঙাংশিংনা ঙাঙবগুম্বা, কৈবোয লৈকায, খুনলক ঈবক্তা পকঙাঙ ঙাঙনবা অমসুং ময়ামগী মমাঙদদি চৎনদবা অমসুং লেমদবা বাঙাঙ কয়া অমসু চৎনবি । মদুদি ঃ যাকখোয তানা কৈ কৈ

## কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

হাযনো ? মোয় তাদৈ লৌ হায়রি পোৎনি । কমাই তৌরি জাৎনো খঙদে । মাই পাবুংনা সুক য়ামনা পী । খোয় পানা আদৈ লৌনি হায়, অসিনচিংবা ।

অসিদসু নত্তনা মীরৈবাক্কী লোল্ কয়ামকম য়ানশিনলগা - পুখম, তেংকোৎ তলাবী তৌ । করম্বা শোমোইদা চত্তোইনো ? তেবশিং লৈকসি লাও । মখোয ইস্তশেন্দা কুমই, অসিনচিংবা । অসিদসু নত্তনা লোল খোইবা, লোলথৈনচিংবা কয়াসু চৎনরি । মসিসু হৈনখিবগী মতুঙ ইনবনি । ঙাঙলিবা মী মশাকমসু খঙনা খঙনা অদুম শীজীন্নৈ । মতৌ অসুম্না, নুংঙাইত্রবা চৎনলোল্ কযামরুম মৈতৈলোল্ অসিদা শীজীন্নরি ।

তাং ২০-১১-১৯৯৮ ইংদা *(Free Press)* তা 'নুঙাইত্রবা চৎনলোল' হায়বসি ফোঙখ্রে । প্রেস অসি হৌজীক্তি 'শঙাই এক্সপ্রেশ' হায়না খঙনরে । অমুকসু শোক ২০০৪ গী জানুবারীগী তাং ৬ অমসুং ১২দা পোক্লফম পোওচেদা ফোঙখ্রে ।

# অরানবা ব্রাহেপরেং

মৈতৈলোলদা চৎনরিবা অরানবশিং অসি অব্রাৎপা নাইদনা লৈরে হায়নিংই । মীগী ময়েক্তা চৎনরবনিনা, অচুম-অরান কয়া ইথি-থিনখিদ্রে, মহৈ মহৈ তৌনিংবদা তৌনরে । মসি পুম্নমক অসি গ্রামার লৈতবদগী অবানবা কযা অসি চুমথোকপা ঙমদ্রিবনি । মরম অসিনা অয়াবা মরমদদি চুমথোক্তুনা ইবা ফৈ হায়না খনলি । তোয়না চৎনরবা অরানবা খরদং মখাদা উৎলি ঃ-

## (১) লৈগী লৈনমনা চূরবা মোলখুমনি ।

চুম্বা - করিগুম্বা ব্রাহৈ অমবু হন্না হন্না হায়দনবগীদমক মহুৎ শিনবা ব্রাহৈ - মহাক, মদু, মখোয়নচিংবা শীজীন্নে । মরম অসিনা ব্রাহৈপরেং অসি 'লৈগী মনমনা চূরবা মোলখুমনি' নত্রগা 'লৈনমনা চূববা মোলখুমনি' হায়না চুমথোক্কনি । অসুমনা, ঈশিং ঈচাও, পুঙগী পুঙমায, ফিগী ফিমায়, হৈগী হৈনম, চেগী চেমায় অসিনচিংবা অরানবশিং অসি চুমথোকপা ফৈ ।

## (২) ঈমুঙ মনুঙদা চঙখ্রে ।

চুম্বা - য়ুমগী মনুঙথংবা শরুকপু ঈমুঙ কৌই । ঈমুঙদা মনুঙ অমুক

লৈত্রে । অদুনা 'ঈমুঙদা চঙগ্রে' হায়গনি । 'ঈমুঙ-মনুঙ' হায়বসি চৎনবীনি । অদুনা অসিগুম্বা ৱহৈবু শেরান্নবা শীজীন্নরবদি, নাতৈ চাদবা থোক্কনি । 'মদু ঈমুঙ-মনুঙগী ৱানি' হায়বা অসিদা 'ঈমুঙ-মনুঙ' হায়বসি চৎনবী ওইনা শীজীন্নরে ।

## (৩) ইগী য়ুম অদু মনা হোংলে ।

চুম্বা — 'হোংবা' হায়বসি হান্নগীদু নত্তবদা ওইগদবনি । অদুগা য়ুম কুপ্লিবা অদুদি হান্নগী অদুগা মান্নবদা ওইগদবনি । অদুনা 'ইগী য়ুম অদু মনা শিনলে' হায়গনি ।

## (৪) থায়না মমাঙঙৈগী ৱানি ।

চুম্বা -- থায়না হায়বদি মমাঙ্ঙৈ হায়বনি । মরম অসিনা ৱাহৈ তূমা চত্তবদা 'থায়নগী ৱানি ' নত্রগা 'মমাঙঙৈগী ৱানি' অসুম্না হায়বা তাই ।

## (৫) লোক্তাক খোঙ্বান্দা কোম্বীরৈ হৌই ।

চুম্বা-- লোক্তাক হায়বসি খোং নত্তে, পাৎনি । মরম অদুনা 'লোক্তাক মপান্দা কোনবীরৈ হৌই' হায়গনি । কোম্বীরৈগী অচুম্বা ৱাহৈ 'কোনবীরৈ' ওইগনি ।

## (৬) লৈচিন্না নোংদোল থক্তা পাইরি ।

চুম্বা-- লৈচিন্না পাইবদি অতিয়াগী মথক হায়বদি নোংদোল থক্তা নত্তে,

নোংদোন্দনি । মবম অসিনা 'লৈচিন্না নোংদোন্দা পাইবি' হায়গনি ।

## (৭) শেমবাংনা ঈশিংগী লৈমায় খেৎনা পাইরি ।

চুম্বা— ঈশিংগী লৈমায়, ঈশিংগী ঈমায, অনিমক অচুম্বা নত্তে । অসিগুলবা মখনগী অবানবা অসি খুৎলোয়বা মওঙদা য়ামনা তোযনা চৎনবে । মসিদি যাবিবমখৈ কাওদনবা হোৎনবা ফৈ । মথক্তসু হায়প্রে, অদুনা 'শেমবাংনা ঈমায় খেৎনা পাইরি' হাযগনি ।

## (৮) থবকসু শূয়, লোয়ননা পুচেলসু চাওই ।

চুম্বা— থবকসু শূই, পুকচেলসু চাওই । নত্রগা, থবকসু শূই, অদুগা পুকচেলসু চাওই । নত্রগা, থবকসু শূই, অদুগা লোযননা পুকচেলসু চাওই । 'লোযননা ' হাযবসি শীজীন্নবা তাববদি কনাগা লোযনগনি হায়বদু তাক্কনি নত্রবদি তাবদা যামনা নুংঙাইতবা, অবানবা ওই ।

## (৯) অনিগী মরক্তগী অমা খনলু ।

চুম্বা– অনিগী মবক্তদি অমতা লৈত্রে । অদুনা 'অনি অসিদগী অমা খললু' হাযগনি ।

## (১০) ইংখোন অনিগী তাইনফমদা খোংবান তৌরে ।

চুম্বা– খোংবান - খোংগী মপান । তৌবিবদি খোংনি, খোংবান

নত্তে । মরম অসিনা 'ইংখোল অনিগী তাইনফমদা খোং তৌরে' হায়গনি ।

## (১১) ময়ায়দা তংখায় তানা খায়রো ।

চুম্বা— ময়ায় = তংখায়, অমতনা য়াই । মরম অসিনা 'তংখায় তানা খায়রো' নত্রগা 'ময়ায় তানা খায়রো' হায়গনি ।

## (১২) সনাখ্বাদা হংগৎচরি ।

চুম্বা— সনাখ্বা = সনা খুয়া খা । খুরুম্বা নত্তনা খুয়া খাদা হঙ্গৎপা হৌনদে । মরম অসিনা 'সনা ইবুংঙোদা হঙ্গৎচরি' হায়গনি ।

## (১৩) লৌওন অনিরক ওনলে ।

চুম্বা— লৌওন অনিরক খোইরে । নত্রগা, লৌওন অনিরক শুরে, হায়গনি । 'ওনলিবদু অনিরক ওনলে' হায়বসি নুংঙাইতে ।

## (১৪) মহাক শগোলবন, শলাম লৈকায়দা লৈ ।

চুম্বা — লৈফম ইবদা অমসুং তাকপদা ওন্ন-তৈনবসি মীরৈবাক মচাশিংদি খক তৌদে । মসি অচুম্বা মরমদা চৎনরম্বদগী তোকথোকখ্রে । অমুক হন্না অচুম্বদা চৎনবনা ফৈ, নত্রবদি অবানবা কয়ানা কুপশিনলক্কদৌরে । অদুনা অচুম্বা অসি অহানবদা, মিং ইববা মতুংদা, মীদুনা লৈরিবা খ্বাইদগী পীকপা লমগী মমিং, হায়বদি লৈকায় নত্রগা খুনগী মমিং ইগনি । মথংদা লৈকায নত্রগা খুন কয়ামরুম পুনলগা শেম্বা লমগী মমিং ইগনি । অসুম্না, মথং-মথং মহাক শলাম লৈকায়, শগোনবন্দা লৈ হাযগনি ।

## (১৫) খোইগী মকোন থুগায়রবরদি চীককনি ।

চুম্বা— খোইগী মহুম থুগায়রবরদি চীককনি ।
উচেক, মুকা তীন্, খোই, কক্চেংনচিংবগী লৈফমবু মহুম হায়রগা খঙনগনি ।

## (১৬) মহাক্লা উহৈশিং অদু পঙ্চাদা চাই ।

চুম্বা— পক্চা-চাবা অমসুং পকচা-চাদবা হায়বসি চানীঙবমখৈ চাবা অমসুং চাদবদা চৎনৈ । অদুগা 'পঙচা-চাদবা' হায়বসিদা, পঙচাগী ব্রাহৈদা পক্কুনা লৈরিবা 'পঙনা' হায়বসিগী ব্রাহনে দাক অসি 'অদুক হাক্লা' হায়বনি । মসি নত্তবা, ওইদবা, তৌদবনচিংবদা শীজীন্নৈ । অদুনা পঙনা চত্তে, পঙনা শূদে, পঙনা হায়দে, অসিনচিংবদা চৎনৈ । অশম্বদা পঙশূ-শুদে, পঙচৎ-চত্তে, অসিনচিংবা অসিনি । মরম অসিনা চানঙিবমখৈ চাবদদি - 'মহাক্লা উহৈশিং অদু পকচাদা চাই ' হায়গদবনি ।

## (১৭) পেনা শকপদু মহা কনি ।

চুম্বা— 'শকপা' হায়বসি মীওইবগী খোম্থোক্তা চৎনৈ । মসি নত্তবদা খোংবা হায়বসি যন্ত্র, শা অমসুং উচেকনচিংবদা শীজীন্নৈ । মরম অসিনা 'পেনা খোংবদু মহাকনি' হায়গনি ।

## (১৮) ঈশৈ য়েংবা চৎখ্রে ।

চুম্বা— ঈশৈ তাবা চৎখ্রে । ঈশৈ হায়বসি য়েংগদবা নত্তে, তাগদবনি ।

## কংলৈলোল্ গী অরুবা ৱাহৈলোন ।

### (১৯) পৈশা লৈতে হায়দুনা পীরক্রে ।

চুম্বা— পৈশা, অনা, শিকি, লূপানচিংবা অসি মশীঙ খণ্ডনবা ৱারম্দা চৎনৈ । অদুনা মশীঙ্ খণ্ড্নদবা ৱারম্দা - 'শেল লৈতে হায়দুনা পীরক্রে' হায়গদবনি ।

### (২০) মহৈ-মশিং য়াম্লা হৈবা মীনি ।

চুম্বা— চৎনবী হায়বদি লোঞ্জুদা লাননি । মহৈ-মশিং হায়বগী মহুত্তা 'মহৈ-মশিল' হায়না চৎনগদবনি ।

### (২১) মাগী মচল্ নুপীনি ।

চুম্বা— 'মাগী মচল্নি' হায়গনি । 'মচল্' হায়বসিনা অদুম খণ্ড্হনলি, নুপী অমুক হায়দ্রবসু য়াই ।

# অনিশুবা শরুক

## লোঞ্জু

ব্রাহৈ অমদা, ব্রাহন্দোক মরম অনি থোক্লা চৎনবা, ব্রাহৈ কয়ামরুম লৈ, মদুদি : মশাগী হৌরকফম ওইবা অচুম্বা ব্রাহন্দোক্তা চৎনবা অমা, অদুগা নাকোইননা চৎনবা ব্রাহন্দোক অমা, অনিসিনি । খুদম : 'ককপা' হায়বসিগী হৌরকফম ওইবা অচুম্বা ব্রাহন্দোক্তি - টিকেৎ ককপা - টিকেৎ লৈবা, মতম ককপা- মতম থাবা নত্রগা লেপ্পা, অসিনচিংবা ।

মথক্তা হায়রিবসি নত্তবদা, ব্রাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না ওইবা, চৎনবী কয়ামরুম লৈ, মদুদি - ব্রাথৈ লানথৈবা, মিংচৎ উরোং খিনবা, লৈবাক মচা তাবা, ব্রারু-নুংলু থোকপা, অসিনচিংবা। মতৌ অসুম্না চৎনরিবা ব্রাহৈশিং অসিগী ব্রাহন্দোক্তি, মনুঙগী ওইবা মরমদা চৎনৈ । অসুম্না চৎনরিবা ব্রাহৈশিং অসি, মখল য়ামই অমসুং অসুক্কী মতীক মশীঙ য়াম্না লৈ । অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসিবু করি হায়রগা খঙনগদগে ? চৎনবী, লোলচৎনচিংবা হায়রগা খঙনবা অসিসু নুংঙাইতবা অমা ওই । মসিগী তোপ তোপ্পা মমিং অমতং থোন্দুনা চৎনবনা ফরব্রা হায়না খনলি ।

# লোঞ্জু

মথক্তা হায়খ্রিবা চৎনবী ব্রাহৈশিং অসি অসূক্কী মতিক তোয়না শীজীন্নে। মসি য়াওদ্রবদি খুৎলোয়দবগুম, নুংঙাইতবগুম, হৈনদবগুম অমসুং তৎন থানবা য়াদবগুম তৌই। মসি য়াওদ্রবসু য়াই, অদুবু অসূক্কী মতীক চু-নবা মওঙদা লৈ। মরম অসিনা মসিবু 'লোঞ্জু' হায়না খোনলে।

মৈতৈলোলগী লোঞ্জু অসি অসূক্কী মতীক মশীঙ্ য়াম্না লৈ। মসি চাওরাক্না লীশীঙ তরাগী মথক্তা লৈবা য়াই হায়না খন্লি। অদুনা মসিদা চৎনরিবা মথন্শিং - ব্রাহৈগী লৈতেং (মথক্তা য়াওখ্রবা), ব্রাহন্দোক য়াম্বা ব্রাহৈ, অরেম্বা লোল, চৎনফম লুবা লোঞ্জ, ব্রাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না ওইবা লোঞ্জু, ব্রাতা অমগী মতুঙইননা চৎনবা লোঞ্জ, অসিনচিংবা অসিনি। মসি চাওরাক্না শরুক অনি থোকনা মথাদা উৎলি।

# ব্রাহন্দোক য়াম্বা লোঞ্জু ।

বাহৈ অমদা বাহন্দোক য়ামনা চৎনবা বাহৈ, মরাং কায়না লৈ । অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসিবু, মশাগী লোলনি খন্দুনা লায়থোকপদগী নিঙথীজনা খঙনদরে । খুদম ওইনা হায়রবদা 'লাংবা' হায়বসি ব্রাহন্দোক য়াম্না চৎনবা অমসুং তোয়নসু ঙাঙনরিবা বাহৈনি, মদুদি - হকচীক লাংবা, ফম্বাল লাংবা, লৈ লাংবা, অনিচিংবা । মসিবু মুলনা খঙদবদগী 'ইপাল লাংবা' হায়বসি খঙদবসু যাওবে । অসিদসু নত্তনা শেবান্ননা 'থমোই মকা লাম্বা' হায়নসু চৎনবক্লে । মতৌ অসুম্না, অরানবা কযামকুম চনৈনদুনা অসুম চৎনবদগী তুংগী লম্বীদদি য়াম্না খুদোং থীরক্কদৌরে । মরম অসিনা বাহন্দোক য়াম্বা ব্রাহৈশিং অসি মুলনা খঙলগা চৎনবনা ফৈ হায়না খনলি । অদুনা ব্রাহন্দোক খ্বাইদগী য়াম্বা ব্রাহৈনা মকোক থংলগা, মথং মথং উৎলি :

## তাবা

### অরুম্বা খোন্থোক

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | মশা তাশিনলি | - | কন্‌বা, লিংবা |
| ২ | থাওনা তারবা ঙারৌনি | - | কেমহনবা, ঙৌবা |
| ৩ | নীঙগ্রী তাখৎলে | - | শেৎপা |

# ৱাহন্দোক য়াম্বা লোঞ্জু

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪ | লৈরং তারে | - | শাবা |
| ৫ | মৈনিন তারে | - | মৈশা ফংবা |
| ৬ | ৱারী তাই | - | নাকোংনা তাবা |
| ৭ | শাগী মনম তারে | - | নম্বা |
| ৮ | শ্রু শ্রু তারে | - | তুমশিনবা, পুনশিনবা |
| ৯ | খোঙপাক্লা তারবা কাকফৈনি | - | তক্খায়বা |
| ১০ | পোৎ-চৈ তাশিনলু | - | খোমজিনবা |
| ১১ | রা তানরে | - | খন্নবা |
| ১২ | মীৱা তারে | - | থীনা ঙাঙবা |
| ১৩ | শক তাখৎলি | - | থৌওইদবা, উশীত্তবা |
| ১৪ | মরৈ মরৈ তারে | - | য়েৎপা |
| ১৫ | গী গী তারে | - | হায়রি'মখৈ য়াবা |

## অয়াংবা খোম্হোক

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৬ | উহৈ তারক্লবা নিকউ | - | কেনবা |
| ১৭ | ভমদা চীঙমী তাদ্রে | - | কুমদবা, লাক্তবা |
| ১৮ | চাবদা মিতাবা ফত্তে | - | কলক্কনা য়েংবা |
| ১৯ | মীত্তগী পি তাই | - | শীন্থবা, চেন্থবা |
| ২০ | মায় তারে | - | শেংবা |
| ২১ | নুংশিৎ তাবা মতমনি | - | শীৎপা |
| ২২ | মচু অনিসিনা অঙাঙবা তাই | - | শেম্বা, ওনবা, থোকপা |
| ২৩ | হুরানবা তাহনলে | - | শীবা, থৈজনবা |
| ২৪ | লৌশিং তারে | - | শিংবা |
| ২৫ | পোক্লবদি শিবা তাই | | শোয়দবা, হৌনশা |

# কংলেলোল্ গা অরুবা ৱাহেলোন

২৬ নীঙদুদগী তাথবা শম্নি - শাংথবা, চোন্থবা

২৭ মিংশেলদা মি তাই - লৈবা, উবা

২৮ মচু তানা লৈ - লূবা, ফজবা

২৯ চীঙদা লাল তাখি - লাল তৌবা

৩০ মী তাবা লমনি - লৈবা, খুন্দাবা

৩১ ৱারেপ তারে - লেপ্পা, য়াবা

৩২ মমৈদা 'নু' তাবা মিংনি - লোম্বা

৩৩ ৱারী মখা তাই লীথবা, চথবা

৩৪ লাই লৈতাবে - লৈবাক্তা তাইনবা

৩৫ মউ তা'বদু য়েংবদা ফজে মওং, মতৌ

৩৬ তং তানা বা ঙাঙনৌ - মুলনা, নিংথিনা

৩৭ নুমীৎ তারে - মম্বা, চঙবা

৩৮ হিদেন তাফমনি - মফম, লৈফম

৩৯ শেল তাহৌরে - মাঙবা

৪০ মাগী থবায়না তাই - পামবা

৪১ মাযদা শমকুপ তাই - পাক্পা, নপ্পা

৪২ লৌ পাটা তারে - পানবা, চনবা

৪৩ মীঙোন্দা থৌদাগনু - পাখোন শীবা

৪৪ পুমবুম তাবা খুদাংনি পুমশিনবা

৪৫ মনাম তাবা শম্নি পুন্দবা, ৱায় ৱায় লাওবা

৪৬ লানবা তা নবে - পাবা, তৌবা, থোকপা

৪৭ নুপীদু অঙাং তারগা শি - পোকপা

৪৮ খোঙ লৈবাক তাদে নেৎতবা

৪৯ অবাবা তাবে নংবা, ওইবা

